'Panthung' a collection of eleven short stories, written by Shyamkumar Laishram and published by Dr. wangol Leima Laishram, on behalf of the 'NAT' ( Naharol Ayiba' Tinnasang )



**অক্নোংবা:—** দাক্তর ৱাঙ্গোললৈমানা 'নাত'

(নহারোল অইব' তিন্নসঙ্) গীদমক ফোংবা

**লাইরিক মসিঙঃ—** ২,০০০ (লিসিং অনি)

**ফোংবা নুমিৎঃ—** সেপ্তেম্বর ১৮, ১৯৯৩

**হকঃ—** **অইবা**

**মখুম য়েকপাঃ—** **গোনেন্দ্র ৱাইরোকপম**

**খুৎনম :—** অহাম্বা খুৎনম

**কংকম :—** 'নাত'কী সঙলেন, লিলোং

**মমল ঃ—** লুপা ২০/- (কুন)

**নম্ফম :—** দি ইবেলৈ প্রিন্তিং এন্দ স্তেসনরি ৱার্কস, লিলোং

**অইবগী ফোংখ্রবা লাইরিক :—** 'সোরোজা' (১৯৭৯)

'ঙাং মখোঙগী ৱারি' (১৯৮৯)

# "প্রসিদেন্তকি ৱারোল"

'নাত' ( নহারোল অইব' তিন্নসঙ )

সেপ্তেম্বর ১৭, ১৯৯২ দা সেমজখিবনি। নৌনা হৌগৎলল্লিবা নহারোল অইবসিংবু পুল্লিং থৌগত্তুনা, পুন্না মতেঙ পাংমিন্নদুনা মীতৈ সাহিত্যগী পুক্কেদা খুদোল তমনেবা পান্দমদা লিংথৎখিবনি।

স্যামকুমার লাইস্রমগী ৱারি মচা তরামাথোইগী লাইরিক 'পম্বুং' 'নাত'কি ইহান হাপ্পা লাইরিক্নি। মথং 'নাত'কী খোমজিনবা ৱারি মচা অমদি সৈরেংগী লাইরিকসিঙ পুথোক্লবা থৌরাং তৌজরি।

গোনেন্দ্র ৱাইরোকপম

প্রসিদেন্ত,

নহারোল অইব' তিন্নসঙ

লিলোং

লিলোং

তাং ১৭।৯।৯৩ ইং,

# য়াওফম তাকপা

| মরিমচা | | মামাই |
|---|---|---|



---

পাম্ম্ ১

## বুংবুং চাওরে

ময়াম কোয়রাঙ লাঙই। ঙসি ইবোবিগী লুহোঙবনি। মুপনগী মুকথবিবদি বুংবুংতনি। মা ব্রা ঙাংদে, তুফক তুফাই চল্লি, তুমপক তুমপক মচি খুদিংগী নেপ্তুনা লৈ, মুংমুক মুংজাননা। মহাক মখে ইবোবিগী খোনজেলদং তাবদা চেনসিল্লকপা, কৌফাত্তিৃঙৈ খুমগদৌবগী চেনসিল্লকপদু ঙসিদি মা ইবোবিবু মুন্না যেংলগা মপি ইরা চেল্লি, মা খুনদে ইবোবিদগী লৈথোক্লবা হোংনৈ।

কলেজদা ইবোবি লৈবাক্লে পুন্না ওঝা ওইমিন্নবনি। চহি লৈসিল্লপ ওইবদুগা ব্রা ঙাংগন্দবা অসিদা ওইরবোই হায়দুনা মমাম্নবসিঙনা ইবোবিগী মখাদা তক্লদুনা হায়ন-সিঙনদুনা হোঙবনি।

লুহোঙবা থিল্লকপা হনখ্রে, ইচিক চিকহৌরে। চাক তোক্লবা মতুং ইবোবি তুমম্মা ফমদুনা লৈ, ব্রাখলদা উংই। নান্না থাবিবা ফমুংদু উবগা বুংবুং য়াওদ্রবদি ইহাঙ হাঙগদৌবগুম ব্রাখলদু হামচনৈ। লৈবাকলৈ তুম্নিম্না চঙলব্লগা মনাক্তা লৈপ্লে। ইবোবিনা তপনা য়েংথংলকপা মিযেং-দুদা মিং চান্নবা ঙমদনা লুকথখি। মতমসিদা মথাথংবা কাদগী বুংবুংনা হৌনা কপথংলকই। 'পাবুঙগী মনাক্তা তুমগনি ... ... পাবুঙগী মনাক্তা চংকে ... পাবুঙ, মম্মানা ফাহ্নয়ে'। মমানা থেমজিললি, 'ইবুংঙো, ইচাদি মরম ওকপনি, সেঅবা, মম্মাগা তুম্লসে, লাকও ইচাদি মুংসিবগিদা, মম্মানা হায়বা হেক্তা ইনবনিদা'। বুংবুং চোং ফন্দুনা লাওবি। মবোক্লসু থেম্মী য়াদে। মমাগা মবোককদৈ নানথোক্লবা লাক্লে। থাঙবা ঢম্লক্লুদ্না মমানা মচাগী মনমগন্দা খুবাক্না থখি।

ইবোবি ফুক হৌগৎলি, 'অঙাং ফুরিবা কৈগীনো, হ্না ...... বুংবুং সিদা লাকহল্লু'। ইবোবি কাদগী থোকখি। লময়ায়দা মমানা থোরক্লগা ডাওদৈ, 'কৈগী থোক্লকহনো, অঙাং মরাইনা কাওজখগদবহৌবে, নঙনা হেন্না ডাওরেম্মি'?

'ইমা, অঙাও ফুগদু হায়রু', বুংবুং মমাদগী নাম্থে ক্লগা ইবোবিদা কোল্লে।

'পাবুঙ, মম্মানা বুংবুংগী নমগনদা ফুইয়ে, বুংবুং নাইয়ে, পাবুংগা তুমগনি, বুংবুংগা ঐখোয়বানি তুমমি'।

'ইস্সুদি হায়বা ইনবনি, বোবোক্কা তুমলুসি লাকও'।

'তল্লি কৈস্থ, মী পাবুঙগা তুমজদৌনি কো পাবুঙ'

'হৈ, মমাচৌবি ওসি লাকসে ইকাইজত্রা নঙ'

'ইকাইবিদে, মা মথৌ লৈতনা লাকইনি'। ইবোবি বুংবুংব পমথলি, কাদা পুসিনখি। মমানা চৈহৌই, 'নঙনা হেন্না ডাওরেম্মি ইবুংচৌবা, ওস্থোকপনিদা নঙবো'।

লৈবাকলৈ কাদা উয়ুংগুম লেপ্পুনা লৈরমমি। বুংবুংনা ফললপ য়েংলুরগা মপাবুঙগী মঙক্তা কোললগা হায়রকই, 'মা মথৌ লৈতনা লাকপিরিনিকো, কো পাবুঙ'। ইবোবি বুংবুংবু ফমুংদা সুমমি।

ঙৌহাক লৈরগা ইবোবি লৈবাকলৈবু কৌসিন্নলকই। লৈবাকলৈ তাদ মান্দে চঙলকই। বুংবুং তুম্নমদ্রি।

'চংলো ইকাইজত্রা' অঙাংতুনা হায়রকই।

'লৈজসনু বুংবুং'

'তললি কৈস্থ, মা মথৌ লৈতনা লাকচরগা'

'উম, মথৌ লৈতনা লাকইনি'। ইবোবি বুংবুংবু নাম্মি। বুংবুং মপাবুঙবু মীনা মুনখিনি মতাগুম চেৎনা কোললগা তুমথখি।

মথঙগী নুমিৎসিঙস্থ বুংবুং থেগ্না য়াদনা কপখি। থেঙলবা কাইথং হ্বাৎনা মপুম থিৎলবতুংদা তুমখি। অঙক য়ৌহৌরকপদা মহৌসাগুম

ৱালকিং চৎকনি হায়রগা কাও খোংদুনা কপখি। ইবোবি চুংস্থক মুংজানদুনতা লৈখি।

নৌরিবা য়ুম্বাম্বগী পুক্কিদু ইথক ইনোৎ য়াওদনা তম্বে মাঙ্গে চেম্বরকখি ইচেলদু লেপ্পমক্তি লেপ্তুনা। তুমিং তরামতানিমুক্কি তুংদনি, তুমিদাং অমনি। লৈবাকলৈগী থাম্মোয় কললকপা, খম্বম্বা, হক্কনবা, ৱারৌবা অমদি অসাওবা কয়ানা লাকহংখি। মথোং মরম খণ্ড্রবা নৌরবা য়ুম্বালদু কায়থসনু সিতনরকই। ওম্বুনা চাক্তবা মৈরি থোক্লকে। মখাথংবা কাদগী বুংবুং কপ্পকপগী খোনজেলনা অচাকপা মৈম্বিদু হেন্না মৈজাওর্বা ওললক্লে।

ইবোবি হল্লকপগা লৈবাকলৈ ফি ফি কাম্বা হৌরে। অশাওবা মাংথোংতুগী মরম ইবোবি খঙ্ই। ইবোবি মুরাদা ফমথে, ৱা ঙাংলুদে, লৈবাকলৈস্থ ঙাংলক্লে। কাদু ইচিক চিকই। অসোমদগী বুংবুংনা কপথলকই, 'পাবুঙ হললকখ্রে, পাবুঙগী মনাক্তা চৎকে'।

'লৈবাকলৈ, চাক চাথোক্লুরসিদনা ...... নংবুনে ঐনা হায়রিসে .........কৈনো ঐঙো দা সাওরিরো ........ৱা ঙাঙবগা থোক্লজাংলো'?

'কৈগীনো ঐবু লুহোংবিরিবা, য়ুমদা হৌজিকমক থিম্বিঘু, নোংসিদা লৈনিংদে'।

'সে, তপথো ইমা তানি, মেন তানা ইংনা হায়নসি'।

'কৈদৌনা হায়নদোইনো, নোঙ্ই' তৌরি ইরাংসি খঙদবোহ্ নিংব্রো, করি চংনবিনো সিবো'। খোনজেলদু ফনা হৌরে, তানিংমথৈ তাসনু কৈদৌজরনেগে মওংনি। ইবোবনা তপথনা ঙাওউ হায়, অতুবু হেন্নদুম কনথংলকহ্। কৈনো ঐখোয়স্থ মানে, লোহিনা তায়, উহ্, ননাওকুপাগী মচানি, নঙগী নচামক্তি নত্তেদনা, ননাওস্থপীনি নংগী তুপীদি নত্তেদনা'। ইবোবি খঙসাও সাওগংলকই, খঙহৌদনা ইনসিনবা য়াওদনা খুবাক্কা থাখি। লৈবাক্লে কপনা কপনা ঙাওই, 'ফু নঙদি ঐবু কবুবা ঙমগনি, তুপা

কাওবা ফুবা ওংগী নওগী স্তেদরদ অয়োবিনি, কৈ, হৌজিকনক য়ুমদা চৎকনি'। কপগাং কপগাং ফি হোংদোকই। মমানা থোংজিনদা লেপ্লগা হায়রৈ, ইবুংচৌবা, হায় লৈবাক্লৈ, ইবেমমা লাকও, চাক চাথোক্লরো, চাক ইওলবনি'। মমানা মুরুম মুরুম শোললি, 'অগাঙনা গ্যান তাদ্রবরা হায়ববু নখোয়না হেন্না তাদ্রেম্মি'। লৈবাক্লৈ থওইনা তাদে। 'হৌজিকমক চৎকনি, মকম মরাং খঙদবা চৎনবি মরকসিদা লৈজনিংদে'? মমানা সাওরি তৌরিনি খদুনা মুরুম মুরুম যোল্লম্লগা থোকখে, 'লাইরিক হৈবা নখোয়না জ্ঞান খর তাগদ্রা হায়রগা'।

ইবোবিনা খল্লকই, কদায়দেনো খুৎ হেক থারুই। লৈবাক্লৈ ইবোবিনা খিংবা য়ারমদে। লৈবাক্লৈ কোন্দু পায়খংলি, ইবোবিনা লৈবাক্লৈগী খুদাং অনিদু ফারগা কোন্দু তপ্না থমমি। লৈবাক্লৈ খাম্বা য়ারমদে। ইবোবি ৱা অমতা ওংদনা লৈবাক্লৈগী পাম্বোম অনিদু চেৎনা পায়রকই। থাজবগা লোইননা চেৎনা পায়রিবদুদে লৈবাক্লৈ লেঙবগী রাখল থৌনাদুফাওবা মাঙখে। ৎসোইমখৈ সাওনিংবনা য়েংলুহবা মপুরোইবগী মায়থোংদু উরুবদে থম্মোয়দুংগী সিংলিদুংগী ঈ অদু ফমজিনখ্রবগম্লকই। খহৌদনা মকনিনখ্রবা কাহংলবা মায়থোং, দুংগী মৈচাক খাংঙমদ্র লোংঙমদ্রদুনা মিংলু অনিদুদা পিগী ইরা ইহৌরিবা চেম্ফংদোবগী ওাইরিবা পিগী মরিক, ওাওথোক্লিংনা ওাঙবা ঙমদ্রবা লেংলি লেংলি তৌরিবা মকসিনখ্রবা কংসিনখ্রবা চিনবাল, মাবু মুন্না য়েংদুনা লৈরিবা মিৎয়েং-লৈবাক্লৈ য়েংবা ঙমবগী থৌনাগী রাংমদনি। লৈবাক্লৈ লৈমাইদা নকথহনা খাঙই। মায়থোংদুনা লৈবাক্লৈ দুং ফাওনা নিকহনখি। অসাওবনা কয়াম করি ফত্তবা হায়খিবা নিংসিংবা থোক্লে।

ইবোবি লৈবাক্লৈগী পাম্বোমদি থাদোক্লনা হায়রকই লুম্নবা খোননজেলদা, 'লৈবাক্লৈ, নঙগী অপাম্বা ঐ থিংদে, নংনা চান্ননমক লেপ্লবদি, অদুবু নচিন্দা অসাওবনা ওাওহনখিবা বদনাম পকপা রাহৈশিঙদুনা

বুংবুং চাঙরে

ঐবু ...... অমুক হন্না পনগ্‌ং, ঐ খাঙবা ঙমদে'। লৈবাক্নে তুমিন্না লুকথত্না লৈ। অহুবু বুংবুংগী কপলকপগী খোনজেলনা অমুক ফুং সাওগংহল্লকই, ইবোবিগী মখুত্তু কন্থোক্লকই, 'ঐ সোয়দনা চৎকনি, হৌজিক্কমক'।

'হৈ, চৎলো', অহুবু রারিসিদি তাখো, অত্তুগী তুংদা নঙনা চৎখিবা থোক্লবা ঐ নঙবু কৈদৌনুংদা রায়োহৌরোই'। ইবোবি ফমুংদা খুনিং সোরগা, মখুংনা খদাং ঙাক্নগা মুরাত্তুদা ফমথরগা ফক্লাংদা চুমদ্রিং তরং অমদা লৈরুরগা তপ্না ঙাঙলকই।

'ঐনা গ্যান লৌসিং তারকপকান্দা পাবুঙ লৈশিদে, হার্ত এত্তেক তৌরনি। মতমত্থু বোয়াই ফম্বা হৈরকপদা মপায়রি। লৈকাইসিদা ঐখোয়গী সাগৈ সিখক্লনি, মরি মতা কনামত্তা লৈতে। দাক্তি হারনেসতা ইমানা এল পি স্কুলগী ওঝা ওইখি। নৌনা লুখ্রা ওইহৌরবি ইমানা ঐখোয়বু মী ওইনবা অরা অনা মীনোক মৈসা কোকথোংনত্না লাকখি। ঐনা বোয়াইবু সেন্নখি, হৈনাদৈ অমা অনি, এ বি সি, রান তু থ্রি ঐনা তম্বিরকখি। বোয়াই ঐগী নমদা চাওরকখি, মিংকুপ'মতং নৈবু থাদোকখিদে, রাহৈ অমফাওবা হিক্তোকখিদে, ময়াম্ববু কয়াদা লিংঙবা, ময়া বু কয়াদা লুনা খনজবা .......... ঐগী ইনাওদো!' ইবোবিগী খোঞ্জেল লুমথরকখি। লৈবাক্লে তুমিন্না লেপ্তনা তারি।

"ঐনা থবক তৌবা চহিত্তুদা বোয়াই বেঙ্ক ওফিসার ওইনা খনখি, কলিকতাদা পোবেসনরি ট্রেনিং চংলমদাইদা ইবেম্মগা লুহোংখি, কুইনা খঙনরক্লবনি মখোয়নি। ইবেম্মত্তু য়াওনা কলিকতাদা চৎখি। চহি অমগী ট্রেনিং কোর্সনি। ইবেম্মবু থা স্মুরক্লবকান্দা য়ুমদা থিল্লক্লম্নগা ট্রেনিং থা অমতং রাংলি হায়দ্‌না চৎখি। ইচল লৈজদবা ঐঙোন্দা ইচলমক্তুম, মচানুপী লৈজদবা ইমাদা মচানুপীমক্তুম লৈজবনি। হুমিত্তু হোসপিতালদা নুপা অমা পোক্লে হায়দুনা হরাওরিঙে হুম্নোমদগী তেলেগ্রাম

থুংলৈ হায়দুনা পুরকখি । 'বোম্বাই মসা ঙমদ্রে, থ্না লাকউদমক হায়রকখি । লাইবক ফবনা ফ্লাইত তিকেত ফংখি । নুমিৎ অদু তিকেত কংলমদ্রবদি করি থোক্লমগবা .. ... ! রোদ এক্লিদেন্তা থিনা সোকপনি, ইন্টেনসিব কিয়র য়ুনিততা লৈরম্মী । ঐবু উবদা অনাবৈ চৈনা কাওব-মথৈ মোমোন নোক্লকখি । হংবা ঙমদ্রবা ৱাহংদুগী পাওথুম পীখি 'নুপা অমা পোক্লে' । 'তাদ ইচাদু মপা লৈতবৈ অৱাংপা লৈহন্বিনু, মঙোন্দা মপাঙ্গল কল্লিংগে তম্বিরুনু, মাগী মরাইবক.........।' চৈনাদুনা নমহংখি, 'তাদ.........' । ৱা ঙাঙবা লোইখিদ্রে, সোর লেপখ্রে । দাক্তরনা ঐবু মপান্দা থোকহল্লক্লে । পুংখাই অমগী তুংদা ঐবু কৌসিল্লকই । সোর হোলহন্নবা মেচিন ভেন্তিলেতর পান্দুনা খনাও উতোংদা পাইপ হাপ্লুনা আর্তিফিসিয়েল রেসপিরেসন্দা সোর হোলহল্লম্মী । পুং অমমুক্কি তুংদা ইনাওদু লৌসিং লাকই, মানা ৱাদি ঙাঙবা ৱাদ মমিৎনা ঐঙোন্দা য়েংলগা মপি ইরা চেললকই । ঐনা হায়খি, 'নঙগী নিংবা থুংহনগনি' । তাখিৱা তাখিদ্রবা মমিৎ অদুম উইসিনখ্রে । অমুক মমিৎ পাংলকখিদ্রে·

......নুমিত্তু লমদাগী মঙানিপাম্বনি, ঐগী ইনাওদো ঐখোয় পুম্ববু থাদোক্তুনা চংখি । লমদা য়োগদবা হয়েংত ঙাইরেদনা" । ইবোবি ৱা মখা তাবা ঙমদনা তুম্মিন্না মরু লুকথদুনা লৈ, মৈচাক্তু খাংজি । লৈবাক্লে ফমুংদা তুম্মিন্না ফমথরকই, মপুরোইবগী মসাদা সোকপফাওবা ঙমখিদে ।

"ইবেম্মদা কুইনা খংহনখিদে অদুবু কয়াম কুইনা লোংকনি । খা অহুমগী তুংদা হায়খি । ইবেম্মা ৱাম্থখি, লাংকন্নাখ । নৌনা লুখ্রা-সিঙদা চলহৌবি ইমানা মাগী ৱারিনা ইবেম্মদা থৌনা হাপখি । বুংবুংবু ঐনা মপা সক্কা য়োক্লকখি, ঐগী নাক্তদা লৈখি । ইবেম্মনা পুমঙৌ কনেক অমা সেংপদু ঐ য়েংবা ঙমখিদে, ইমাদা তক্তনা তক্লখি, 'ইমা ইবেম্মসে মপামদা লৈহনখ্রো, ফিজোলসে ঐ য়েংবা ঙমদে, বুংবুংগী ভার পুম্বা

ঐ লৌহোগে, ইনাওন্থপা লৈব্রে, ইচল সক্লবী স্বানা লুখ্রা ওইহৌবা ঐ য়েংবা ঙমদে ।' ঐস্থ হায়জবৈ ব্বানি, মচান্থপাবু করয়া হুন্দোক্লমগনি, ইনাওন্থপাবু করয়া কাওথোক্কনি । বুংবুংগী খন্দনা ঐ য়ুম পাললরোই খনখি । মীব্বা ঙাঙনরগা হুংঙাইজবা চিন কয়াড়ুগী পলহৈদবা তাহৈদবা কয়াত্থ খাঙবা ঙম্নত্রুনা ইমানা মচুদৈ কল্লবা ঐবু য়ুম পায়বা তত্তনা ত্তকখি, অদুবু ঐনা ঙমদনা লাকখি । বুংবুংনা চাওরকপগা ঐব্বু মপামক্লি নিংদনা পলহৈদবা কয়া ঙাঙখি । অঙাঙ অতৈনা মমা মপাগা পুয়া চংমিয়খিবা উরগা ঐঙোন্দা সাওই, মমাদস্থ ইবেম্মদস্থ সাওই । তাসিন থওইসিন্নবনা বুংবুংনা ব্বাখল লৈথোক্লুনা লাক্লি । ঙসি ফাওবা বুংবুং মপা লৈখিদ্রে খঙদ্রি, খঙলকপা থোক্লবা ........বুংবুং করি ওইগনি, .........অহুবু লৈবাক্লে, মী পুম্বনা লাম্মা লৌরবস্থ ঙাঙনরবস্থ নঙগী চিন্দা মদু অমুক হন্না পনগন্থ, অদুন্না হায়গন্থ ।"

ইবোবি মখা তানবা থৌনা লৈখিদ্রে । ফমুংদা মমাম উপসিন্দনা অঙাঙ মচাওম হিক-হিক কপ্লকই । লৈবাক্লে মপুরোইবগী মকোক্তা ঙাথরগা হিক্লা কপ্লকই । অসাওবনা হায়খিব্বা ব্বাহৈ, মনেম্মোক মনাওন্থপী তাসন্থ মতাগুম কল্লক পেম্মা ঙাংখিবা কয়াদু নিংসিংলুরগা লৈবাক্ল ত্তু চুংলকই হৌজিক্তা । নোংলৈ ওল্লুরবা ব্বাখলদু চিরি চিরি সিংপা নামিবনা সিল্লকপগুম্লকই ।

মথঙগী অয়ক্লি । নহালমখৈ সাওনিংবা হঙ্গোয়বা কল্লক খম্বা য়েংখিবনা নোংমতস্থ চঙলুত্রবা মনাওন্থপীগী কারোমদা থোংগী পর্দা মরুমদগী মমা মচা ব্বারি সাবদু তাকুয়ি ।

'মম্মা, কনাগা চাতোনো সিবো, কৈগী কপ্লিনো ........হায়য়ো মম্মা'

'ইমাগা ইবুংঙো' মচাবু কোনসিল্লগা কপ্লি, 'ইমাবু করম হায়সিগে, ইচা চাওরকপা ঙাইবান'

'অদো কৈ কপ্পিনোবা, কপকনো, মম্মা নঙ কপ্পদি ংবুংস্তু কপ্পিংঙেবা, অদো মম্মা বুংবুং চাওরেবা, সে কপকনো' বুংবুং মপি ইরা চেল্লি ।

'মম্মা কপ্লেদা' লৈথোক্লগা মপি তৈথোকই ।

'অদো মম্মা, তোনখোয়গীদি মথোয় মপাগা মমাগা চংমিন্নৈ, স্কুলদস্তু পুল্লপ থিম্ব লাকই, লৌবস্তু লাকই, কোযবকাস্তু পুল্লপ চংমিন্নৈ, ঐখোয়গীদ পাবুঙনত্তা লাক, পাবুঙ লাক্লেনা মম্মা মতোমত্তা লাকই । অদো নখোয়নিদি স্রাক লাক্তে, অমুক্তা রারিস্তু সান্নদে, কৈগীনো মম্মা'

'হায়হৈদে বুংবুং'

'কৈদৌ হায়হৈদ্রিনো, তল্লি কৈস্তু, বুংবুং ংঙাংতে'

'মম্মা রা হায়গে, মুন্না তাওকো, ঐখোয বুংবুংদি চাওরে, হেক্লা খঙবনিদা'

'উম বুংবুং চাওরেকো'

'মোমোগী মপাহু তোনগী পাপাহুগী ময়া নিকো তোন্না পাবুঙ কৌদ্রা, মোমোগী মমাদা তোন্না মমাচৌবী কৌনা, ঐখোয়স্তু বুংবুংগী পাবুঙ লৈ, মমাচৌবীস্তু লৈকো'

'অদো মম্মা, তোনগীদি পাপা লৈ, ঐখোয়গীদি বুংবুংগীদি ..... পাপাদি ....... কদায়'

'ইমাগী ইবুংঙো, লৈ বুংবুংগীস্তু পাপা লৈ' মপুরোয়বগী ফোতোহ কোল্লগা কপ্পি ।

'এ! বোবোক্লদি অসে সিখে, হায়না'

'ইমাগী ইবুংঙো, ইমাবু করি ঙইরসিগে' মচাবু মথাংদা চেংনা কোনসিল্লগা কপ্পি । বুংবুংস্তু কপ্লকহ ।

লৈবাক্লে কুইনা খাংগংলুরবা পিহু থিংবা ঙমদ্রে, মথাংদা চেংনা

কোনসিল্লগা খোনজেল থোক্লা কপ্লকই । মনাওনুপীগী কাদা চওলকই । মনাওনুপীনা মকোক নোম্না থুরুম্মী, 'ইচেবেম্মা, ননাওবু ঙাকপিয়ু, অঙাওনিনা খওদহুনা ........'।

'ইবেম্মা, ইচেনা লানখিবঙাক্কি' মচিন মনাও কোনসিল্লগা কপ্‌মিন্নে । বুংবুং লৈবাক্লেগী কিজদা য়াল্লে, 'মমাচৌবি, বুংবুংসে চাওরেবা' মপাগী ফোত্তোদা থিল্লি, 'অসে ঐখোয় পাপানেবা, নহালথৈ বুংবুংসে পিকএবা অহুদা খওদবা, হৌজিক্তিনে বুংবুং চাওরেবা, অহুনা খঙডেবা, কো মম্মা' ।

লৈবাক্লে বুংবুংবু কোল্লগা কপ্পি । নহালমথৈ খবন হাকয়না মুংসিবা উৎপিরুদ্রবা মরাল খওজদ্রিবা অঙাওহুনা মাবু য়ারকপসিদা য়েংথিবগী লৈচিলহু মাওথিহুনা মুংসিবৈ মঙাল অমা লাকই মেংনা তপ্না ঙাঙ্‌াননা ।

বুংবুং চেম্থোকখি । মপাবুঙগী কাদা চেনসিনখি, তুম্নবা মপাবুঙবু চিংই : 'পাবুঙ য়াহৌথেং, হৌগংল্লো য়াকিং চংসি, য়াহৌথেংসি নহালথৈ মানা ঐঙোন্দা য়াহৌথেংবা হকচাং ফত্তে হায়রগা, সিএ মানা হেক থেংন্ত্রিসি য়েংউনে নোক্লিংদ্রা' । লৈবাক্লে বুংবুংগী তুং ওইরপ্না লেপ্লে । ইবোবি মিৎকপ থোক্লকই, বুংবুংদা মুংসিনা য়েংলকই । বুংবুংনা ইবোবিবু কোল্লগা কেনা মচিল পৈনা হায়রকই,'পাবুঙ, বুংবুং চাওরেকো' । ইবোবি ওন্না লৈবাক্লে তম্না য়েংখৎলকই । লৈবাক্লে মপি হুরা থম্না নোকমিনা য়েংহুনা লৈরম্মী । বুংবুং ইবোবিগী মিৎয়েং তম্না য়েংলুবদা লৈবাক্লেবু উরকই । লৈবাক্লেগী মনাক্তা চেনসিন্দুনা কোল্লুই, 'মমাচৌবি, বুংবুং চাওরেকো, কো বুংবুং চাওরেকো' ।

লৈবাক্লে ফমথরগা বুংবুংবু চেৎনা কোনসিল্লি, 'উম ইচাদি চাওরে. ঐখোয় বুংবুং চাওরেকো' । পিরাংনা ইমায় চোল্লবা মিস্নানিহুনা মৌজরিবা চমজরিবা মায়থোংহু, মথুং অনিনা চপ্লগা মুংসিনা য়ুম্না য়েংলগা অঙাওহুগী মখজাই অনিত্তুদা ওম্না ওম্না চুপ্লকই ।

———

# পন্থুং

চাওবা ইস্কুলদা অহান্বা লাকপনি কলেজ তম্বা লাকপনি। তমুক্তা ইস্কুল কায়দ্রি। ভাবাগী লৈহৌম, মিংচং চেপ্পোক লৈমসিংগী খুদংনা মিং-না সিংই হায়রনা লৈকাইগী ময়াম্বা অমগা লোয়নরকপনি। মুমিং মমসিংলল্লমদাই থংহৌদনা হৌরকপা নোংলৈ চুংসিং অমনা মথোয়নি কাম্নমথি। চাওবা মকুম খঙদ কোইউং গাওদুনা মৈহৌরে।

মুমিং তানসিনথে, মমসিনখে। মৈমু লাক্রমদে। ফংদিং ফংনা অরংপা লৈতনা চুরিবা নোংলক্কুদা চাওবা ইংবনা নিরম্নি। সুক হরেং মল্লবা অহিংদুদা লৈফমগী রাবনে, কিবনে, নোং থারকপগী মৈগোং দা অনকপা থোঙ্গাল অমদা পাখংনা চঙসিল্লে। মাঙ্গোল কাংপসু ঙমদ কৌবসু কিজ জুকথনা চুরি তাফমদা লেপ্তুনা লৈ।

য়েমখাদগী হুইজাওনা হৌনা খোংগংলকই। নোংথাংগী মৈডালদা সুমাঙদা লেপ্লিবহু থোংনাওদগী কাননবালানা উরকই। কাননগী মমা মপানা তোরচলাইত কাপ্তুনা য়েংবদা ইপঙ পঙনা কিথি কিক্লমনা লেপ্লি-বহু মাঙ্গোলদা কৌসিল্লি। তুসোম্নবা মতৌদুদা ইমুংদা পুসিন্থি।

পম্বদা মরুমদগী ইপঙ পঙঙবা মতৌ উরগা কাননগী থম্মোয়দা মিচুংসি ফাওরকই। ভারাগী রাবি সাউরকসদুগা; 'মমাংগী সঙ্গোয়গী মথক থংবা কাদা লৈহনলো' কাননা খোরক্লগা হায়রে। লম্বা মপালগী সঙ্গোয়মি মমাঙদা থোক্ককমসু লৈ' ফজতুম ফরে' হায়রনা মমা মপান্ম রারে। ইকাহৈবনা চাওবা মমায়: ফাওবা লোনখতলুদে।

চ ওবা কিনা চংচৈ। নোংদতসু থোঙ্গাল লাম চঙলুদে। সুমাঙ-

লোম্বদা ফাংলিবা মিচুংথোং ফাওবা নোংমত্তা হাংজদে । চেক্কি চাওরবা মখোল অহুমগী মুমজাও, চাওর চাওরবা কাজাও, মমল যাম্নবা লৈত্তেং, গম্লাগী মখল কয়াগী লৈরাং, নাম্না থম্নিবা লৈকোলদুনা মাবু মিং থকহল্লম্মী । মাগী থাম্লবা চিংয়াগী বাচেং লৈবাক্না ফল্লাং খাবা ইগী মল্লবা মুম, সম্বল কোম্ম্বোং নাইদবা ইংখোল, উফুল লৈখোমজনা ফুনৈনরবা সন ইরোই খোঙ্গুলনা খুরক হাওদ্রবা লম্মী, পুম্নমক মফম-সিগীগদি অমুক্কি মতিক খেংনৈ । ফুরিং লিংপোই লিত্তবোই লৈখোম লৈনাং নোংজু নুংসাদা থবক সুবগী কাহংলবা ককই চুরবা মচিন মনাও, মপা মত্তোন, লৈকাইগী মীয়াম, কেবা হৈজন্দ্রবা মচল মচে মনে মন্দোলসিঙ পুম্নমক্কুগা মফমসিগগী মখোয়গা চাংদম্নবা য়ারোই । হন্নাগারি অমতং লাকপদা অম্ভাঙসিঙনা চিক্লা চাইনা ঙমদবমখৈ চেনসিন্দুনা য়েংনরিবা, গারি মতুং ইন্নতুনা চেল্লিবা মাগী থুঙ্গংনি ।

চাওবা কলেজদা মিং চল্লে । কলেজ নত্তনা অতৈ লমফৈ অমত্তা চংলুদে । কনাগনু বারি সাক্লদ, তিন্নক্লদে । সিন্নাইগী মওং মওংগী সমহাং, ফিজেৎ, মী উসিংনদবি, গারি খুথৌ, তৌরিবা থরচ, মা কিজৈ । অয়াম্বা মতমদা থোংনাও ময়াদা ফমতুনা লাইরিক পাবা, লম্মীগী মী য়েংবনা মাগী মতম্মি ।

থা অহুম মরিগী তুংদা, কলেজ কুম্লকপদা তৌগে মত্তাগুম ফুজর ভোংবী লৈসাবি মচা অমনা ঈসিং কাপসিল্লমলগা মমায় ফেৎ ওম্নোক্লগা নোকসিল্লমমী । চাওবা ফুরিং খোংগাউগী লৈখোমজুদা য়েংই, থোইচংপা করেম্নবা মিনোক্কু খন্দুনা লৈহৌই । অতিয়া মচু, এম এন বি ১০৭৫, গারিদু য়েংহৌই ।

হাপ্তা অমমুক্কি তুংদা অয়ুক অঙনবদা থোঙ্গালদা. গাড়িদু খামদুনা লৈ । চাওবা সিঙনবগা লোইননা কুমথরকই । লম্মীদা কোয়না য়েংই, কনামত্তা উদে । ওম্নোরকপদা তুংদা নক্লা লেপ্তুনা লৈরম্মী, মীনোক্কু

অমুকচু নোকসিনলকই।’ মিংয়েং মিনোক্কুদা চাওবা পুমপঙ পঙবনি, থোনা লোয়না মনম্বিথে। ইক আক তৌরম্মগা চাওবা মাগী কা তম্না লাক্লে। চিথাল ফাজিনলপ থিক থিক তুংদা মোকহৌবগী থোঞ্জেলদু থম্মোয় পিন থুংখি। নুপীমচাদু মথুং হাইরম্লগা গারি থৌথে। তরুবরি মিন্না, তবারবি চিথাল নুমাংগী থোইজুনবা সমলাং, নোকমিবা মাঙ্খোংদু উদুনা লৈহৌরেন চাওবদু তাওহনলমলগা মহাক্কুদি চংখ্রে।

কদায়দৈনো কনানো থঙদবি মাবু অমুক্কুং উনিংবত্তুদি ‘অমুক থেংনখিদ্রে। ইথা হেক থাজদনা নোংমাইজিং অমা অয়ুক অঙবদা থুম থাও লৈরম্মগা হম্মকপদা থোঙাম্লোমদগী ‘নুপীমাচতু গারি থৌদোক্লকই। মঙোন্দা নোকসিনলম্মী, ‘লাইরিক কম্না পাইকো’। মিংয়েং মিনোক্কু থলল্লরগা চাওবা পাখংলকই, মপানা হায়রকপতু নিংশিংই। ‘ইবুংঙো ইম্ফাল হায়রবসিদি ফত্তবা ময়ামগী মকোলনি, মী হাংপা তুপ্পদা কৈস্তু লৈতনা থম্বনি, সুংসিননা চাম্ম চিন্ননা অমগা অমগা কৈমিন্নদবনি, অমগী অম্মাবদা হন্না য়েংনবা লম নত্তে, কনাস্থ তিম্মরুস্থ, তুমিন্না লৈয়ু লাইরিক্কুং পারগা’। মমানস্থ মেনজরকপনি, ‘নস্থুঙ নমান্নবনি হায়তুনা লৈসাবিকা কোয়কনু, ইমাদি সহরসে কিজেকো, ইম্ফাল নুপীগা পামজদে’।

মুমিদাংবাইরম থোংনাও ময়াদা ফম্মিঙে, নুমিতু মক্তদনি। য়েং-নিংতুনা লৈরিবা মহাক্কু নোকগেম হাইগেম্নবগুম মথুং হাইরম্লগা গারি থৌজিনখি। ঙৈহাক লৈরগা ফদ্রং ফদ্রং কনাস্থ নাচুংদনা চাওবগী কাপ্পা চঙসিনলকই, মনাক্তা লেপ্লে। চাওবগী থকংলিবা মিহুন, সউম চাওনা হোললিবা সোর নুপীমচাতু খঙলমগনি। চাওবা মিং চাম্মবা ভমদ লুকথবপ থোংনাওজোমদা য়েংতুনা লৈ। ‘ইকাইখিমনথে; কৈনো নুপানবু ......ঐথোয়দি হৈনজদে, তনজথে’। চাওবা য়েংখংলকই, নুপীমচাতুগী থজিক ভাংসিনলবা মায়থোংতু উরকই। নুপামচানি

অরোইবা থৌনা ফংক্তোক্লগে, হেরা হায়তুনা হংলকই, 'নঙ নঙ নঙগী মিং .....'। অমুক্তা তংতবা লৈতুু তংলকই । 'কানন কাননবালা', ইকায় খওদ্রবিগুম নোক্লকই । মাবু চওজফম পীখিবি, য়ুমসিগী ইতোন তোম্বি হোস্তেলদা লৈতুনা লাইরিক তম্বীদুনি।

চাওবা কিখি, মাগুম্বী মসক লময়ৌবি, ইনাকখুম্বি লৈসাবিগা নরুজনিংদে। মহু সোয়দনা চেল্লমগনি। হুরাল চিম্বি মীহাং মীপুমগী, অচৌ অসাওগী লমসিদা মাগুণা লৱাইগী লাইরবা অমগী মীচঙ লৈতে খন্দুনা হেন্নদুম তোম্খি। মমা মপানদু পিদুম লিরুং সানা ফোইবি, নুপা সমককপি, চিনবাল ঙাঙবি, খুজিল সঙবি, মখল কয়াগী ফিজেং সেংপি মাবু পাম্লোই। কার জিপ চেকয়ুম মোনদুম মোনতেকথক্তা চাওরকপি মানম্ব খুঙ্গংদু হৈনরোই। খেংনবতনা থল্লবা তাইবং অনিনি। অদুবু, নুংসিবা মহৌসা চাওবগী থম্মোয়দি মাবু থাপতোক্কে খন্না হেন্না হেন্না নকসিলহল্লক্রি।

থাংজগী নুমিদাংৱাইরম নত্রগা নোংমাইজিংগী অয়ুক অয়াম্বা কানন য়ুমদা লাকই। চাওবা থোংনাও মরুমদগী মহাক্কুদবু উজহৌনবা তত্তনা ঙাইজখি। লাক্লবা নুমিৎসিং তৌফম খওদনা লেনখি। থোং লোনসিল্লবা চাওবগী কাগী মপাদা লেপ্লম্লগা কানন করিগুম্বদা সাওনা হনখি। অদুবু চাওবদি লোন্না য়েংবা নত্তনা ফোংনা য়েংবগী থৌনাদু মতোমত্তা মাংহনজখে। নোংমদি হুংথিল তাল্লক অমা কানন সাওনা চাওবগী খোংদা থিল্লে ইমুং চঙলক্লগা থোংদু পুনা থাজিল্লি। গম গম চঙলক্লগা ফমুংদা ঙেক ফমথৈ। চাওবা তুমিন্না লৈ। মুপানা থওইবিরক্ল বদুদদি শাওরম্বদৈ কানন ইকাইরক্লে, নোনখৎলগা মপি খাংঙি।

'কানন, নঙগী ফনবনি, নঙ ঐ য়াম্না থেম্নে, ঐঙোন্দগী লাপথোকউ'

'কৈগী অহক থম্মোয় কললিবা, কৈগীনো ঐবু ওৎলিবা' রুমালনা মমায় খুমজিললগা কপ্পি।

'কানন, ঐনা হায়বসি য়াও, ঐবু লান্নদি লৌনু'
কানন সাওনা থোকখি, ঙাওলম্মী, নঙ নত্রদি লৈত্রদৌনা, লৰাই মচা লাইর চুদংনবা নঙনসু কৈকান্নদবদা'। অদুবু য়ুমদা য়াগী কাদা চঙলক্লগা কুহনা কপখি। চাওবদি তুমিন্না লেপ্তুনা লেপহৌই।

থাপতোক্কে খন্না হেন্না নকশিল্লকপা হেললকই। লাই খুরুম্বা চংপা ওইনা ইঙাগী থাসি অমা চিঙখোঙগী লাইসঙদুদা উৈন্নে। অঙৌবা লৈরাং কবোক্লৈ, তখেল্লৈ, লৈহাও, মালিকা, মধুমতি, জাতিকুপ্পি ময়ামদু য়েংলগা চাওবনা লন্নরকই, 'কৈগীনো অঙৌবা লৈঙাক্তা কংলিদি'। 'অরোংপা থমদবা থম্মোয় সেংনা মুংসিজবা.........' কানন্না নোকফেৎ ইরা ইহৌনা য়েংখংলকই। 'অদো, ঐনা পামজবা অঙৌবা কুন্দোদি', চাওবনা অমুকসু লন্নরকই। কাননগী ইরা চেললবা মিস্নানিদু ইহৌরকই। পিগী মতুম অমা অনিথকসু চেম্নরকই, খজাই তন্না। অদুগা নোকমিনা হায়রকই, 'অদুদি নঙগীদমক্তা থাক্লুনা থমজরিবা'। ইকাই খঙদ্রবিগুম চাওববু ঙাওহনবা মিনোক্তু অমুক নোক্লক্লে।

নুমিত্তু নুমিদাং থেংলফাওবা কাননখোয়গী মখাথংবা লৈকোলদা কল্লবা নোংলৈ নোংজুনক্তুদা লৈহাও মখোঙদা কবোক্লৈ, মধুমতি, মালিকা, জাতিকুপ্পিগী লৈনমলক্তুদা নুজা পাখঙ অনিদু ৰারি সান্নখি নোংঙাললমদাই ফাওবা, নোংলৈ নুংশিত্তু কিদনা।

মীকি লাইক্কিদবি লমকেংনা য়োক্লকপি কানন্নি। কানন্না পোগ্রাম কয়া থারকখি, হোস্তেলদা লাক্লব, হোতেলদা উন্ননবা, সিনেমা য়েংমিন্ননবা, ইসৈ তামিন্ননবা, পার্কতা ৰারি সান্ননবা। অদুবু চাওবা পুম্নমক্তুদগী নানথোক্লি! কানন্না লাক্লগা সাওদুনা চৈরগনি, ওইনরগনি। চাওবনা থওইদ থওইবিরক্তুগা পেনমথৈ কপথোক্লমলগা চংখিনি। সাওনা চৈরম্লগা চংখিনি। মী খঙনরক্কদ্রা খন্দুনা চাওবনা হেন্নদুম পাখংচখি।

নোংমা নুমিৎথুংবা মতমদা চাওবা তাসনু মতাপ্তম সিক সিক্লুনা মূমাং মতোন্দা মমানা মচানুপীবু চৈ, 'লরাই লোকথ্রাও মচাসিদা লৈরগা নঙবু কৈদৌদোইনো, লৈখোম লৈনাং মরক্তুদা ইরোই ওল্লু গেরা হায়মি, লরাইগা সঙ্গ তৌবা তল্লিকো. চমোংনরদনা ফৈ.জাম অমম্বা অমগা 'ঙাই সেনগা ..... । ইমাইপেম্মা মী মমাঙদা সিবনম্তুম হেন্না ফৈ..... । ইন অমগা তুংগোল অমগা লোং অমগা উল্লগা লোইরে, হা নঙবু কৈথোক্কে তৌজসারিনো, নঙ হয়েংম্বাই কপ্পক্কনিকো ..... । লরাই মচা চুদংনবা লাইরবা মচাসিমম্তু ইম্ফাল নুপী ফংলমেনা সগ খুংনা লাম্বা যংবতুমঙাইরে, হায়বিরিসিনি চম্পু চৎথ্রবা ঐখোয়গীমা লোইরে, ইমানা হায়দো চুমখেদা হায়তুনা হয়েং তুংদা কপ্পক্কনি.........সক্তাতুনা নুপী হেক মাল্লদনা ইপঙ পঙলদনা মোম্না সেঙ্গাও লাক্কে নুমমলিবোয়ে...... । ফৈ ফৈ ঙসি নঙ তামোয়াই লাকথিসনু, নপাবুঙসিনা তারগা করি খন্দৌনোইসিবু, মীগী মমাঙদা চোপ্লনি, নপাসে মীরক ত্তিনজরিবনি, নঙ নপাবুঙগী মায় করিমত্তা য়েংদবনি.........। মনুং কয়াম কললিনো তাসিন্নদনা থওইসিন্নদনা লৈথোক্লদনা নঙ.........ফৈ ফৈ লরাই মচা মাসু য়েংসি ।' তসাইমখৈ তুমিন্না লৈরম্বদৈ কানন্না খঙসাও সাওরকই, সঙ্গৎলকই, 'মী মচাদা তাইনন্নুকো ঐমে ঙসিনে কোক হেক সিদোক-চখিনি, ঐ সিখ্রগা নঙ পেলহৌরো'। হৌজিক মতমগী লৈসাবি পাখঙ ইনথৎলকপৈ হৌনবা মথোং খঙদনা হুগা থক্তুনা কোক হেক সিদোক-খিগদরা পাখঙ্গুনা মমাতু তুমিন্না লৈখি ।

নুমিত্তুগী অহিং অথেংবদা কাননগী মবুং য়াইমা য়ু ঙাওরগা চাওবগী থোঙদা কাওরৈ, লরাই মচা লম হেল্লবদি নথরায় মাঙগনি হায়রন্নগা চৎখি । চাওবা তুমিন্না তাশিন্দুনা লৈহৌই । হাংকে তুপকে ঙম্বঙাক্লি থংই । সেলবু সঙ্গবু লৈরবা, মখোয়দদি নাচুংবা লৈতে । অতুবু চাওবনা কানন্দা যনা হায়জে লৈথোকচৈ হায়বতুমঙাই, কানন্না খুদিংমক

সিঙনগনি, ন্নুংসিবগীদমক সিরবসু সিগনি হায়জুনা চপন্নুংনা লেপ্পুনা লৈরি।

মথঙগী থাংজগী মুমিদাংরাইরম কানন লোল্লবা থোং থোংনাওজুদা য়েংলম্লগা তুমিন্না নুংঙাইতনা চঙথি। চাওবা থোংনাও মক্রমদা ন্নুংঙাইতনা য়েংহৌই, মায়থিরবা মীশুম চেনখ্রগে লেপ্লে। চাওবা সাওসু সাওনিংই, লরাইবু পন্দুনা কল্লক পেম্না চৈবজু। লন্থা তৌবসু মতিক নত্তে। রাখল চরাংনরিঙৈ তানজাজুদা কাননখোয়গী ইমুংদা থবক সুবা খুরাজু লাক্লগা হায়রৈ, 'ইবুংঙো! নঙ চেনখ্রো, য়াইমসে তাকু তরাংনি, মাগা তিন্নরিবা কাওবুসু মহা ঙাক্কনি, কুইনা পম্বরগন্নু, মখোয় মরি মঙা রারি সান্নবজু ইনামক্লা তাহৌরবনি, থেংথরগন্নু চংহৌরো'। চাওবা চিথি অমা তনই ইরগা খুরাজুদা সিন্নরম্লগা থোক্লক্লে।

মথঙগী অয়ুক্তা কানন কপথি, মপুক্লিংদা রারৌথি, নুপা থোকমন্দ পাঙমন্দে হায়জুনা। চিথিজুগী রাহৈ থরজুনা মাবু খান্থা য়াদ কপহনথি। 'কানন, নঙগী য়াইফনবা চেল্লবা ঐনি, পুন্সিসিমগী। ঐন্দি লাম্না লৌন্নুকো। অজুবু থামন্থা ইঙাগী থাসি অমগী থৌদোক্লু নিংসিংবা ওইনা ইঙাগী থাসি অহিং খুদিং নঙনা পামজবা অঙৌবা মচুগী লৈরাং লৈহাও, কবোকৈ, তখেল্লে, মধুমতি, মালিকা, জাতিকুম্নি শিঙয়াগী লাইসঙদা কংলরগে পুন্সিসনা হিংলিমথৈ। মসিনা সকগে নঙ ঐগী পম্বুং'। কানন চিথিজু মথানুংদা কোনসিল্লগা কপথি, থম্মোয় ফুকপা মৈচাক্লা লোইননা।

নোংমা সোইদনা লাকথিনি থল্লন্থা মহাকতি অমুক হন্না লাকখিদ্রে, অজুম লোংখ্রে। কায়নবৈ মৈসা লাংলবা কাননগী থম্মোয়জুনা থাসি খুদিং নিংসিংলকই। ইঙা থাসি য়োরকপগা মৈচাক্লু নৌহৌননা ইনোং হাপ্লকই। অজুবু নোংমতা চন্লুদে লাইসঙজুদা, লাইসঙজুনা মাগী থম্মোয়দ মচেং তানা কায়হনগনি, থাং ন্নোই কিজুনা।

চহি মঙাগী তুংদা কানন মমা মপানা থংনবা নৈকোন্দগী দাক্তর




অমগা হাম্বন সিঙনদুনা চাওনা লুহোঙই। লুহোঙ কিন্নোল ফিজেংনরিবী দলাইথক্তা চংলিবীডু উরগা চাওবা লহিংগী চিদাইদা কপখি অরোনবা সক্লোন পুডুনা। ইম্বানা চোললবা মিন্নানিডুনা য়েংজনিংবা উজনিংবা লাংচরিবা সক্তমডু মসেল মরাংহনখি। খম্মোয়গী থাজদো লৈচিলনা খনজিনখি। মাগী য়াইফনবা তাইবং মপুদা নিজখি।

ঙসিদি কানন কোক্কি সম্লাং পুমডৌ ডৌরে। কুইনা য়ুম্পাম্মিন্নরকপা মপুরোইবস্তু তাইবং ম্বাংমা লানখ্রে। মচা মমৌ মস্তু ময়ামগা হিংলি য়াইফ নুংঙাইনা। অয়ুক অঙনবা অমা মমৌ অহলনা চিঙয়াগী লাইসঙদা লাই থুক্রুমলুগে হায়রকই। কানন চহি নিমফুমুকসি নোংমতা নিংসিংলুদ্রবনি। ঙসিদি ইঙেনগী নোংমা পানবনি, ঙরাংনা ইঙাগী থাসি। কানন ম্বা ঙাঙদে, ফি পরপ পরপ সেংচিললি। মমৌ অহলস্তু ইঙক ঙক্না লোইসিললি।

পুমওন ওললম্লে, ম্বাগী ইনা কুপহোবা লাইসঙ চেক্কি ফজরবা লাইসঙ ওইরম্লে। অদুবু লাইসঙ মওংদি হান্নগীডুমক্কি। লাইপান্নবা কৌথোক্তুনা থোঙ হাংহললি। কানন্না উন্নকই লাইমাঙডুদা লৈবিবা তগং তগং তেকপা মপোপ কায়দ্রিবা অঙৌবা লৈহাও, কবোক্লে, তখেললৈ, জাতিকুপ্লি, মধুমতি, মালিকা। চোংলবা লৈরাংসিঙডু ঙরাংগী নোংলিব্রা, অয়ুক্কি লিক্লারা নত্রগা মিংকি পিরাংনা ওইরম্বস্তু য়াই। কানন মকোক ঙাওরকই, মিং তন্দন পাইরকই, ম্বাম্বরকই। মমৌম্নুপীনা কোন্দুনা লাইসঙ পান্নবা নুপাডুগী মথুমদা পোথাহলম্লে। কানন লৌশিং লাক্লে, লাইসঙ পান্নবা নুপাডুদা হংই,

'ইবুংঙো, লাইসঙসি সাবা কয়াম কুইরে'?

'ইমা, চহি কুনথ্রামুক হেললে'

'কনানা সাবনো ময়াম্না সাবরা' ঙাঙনা ঙাঙনা হৌগংকে তৌই।

'ঐথোয়না থুরাইবুংগো হায়না খঙনবা অমনা কংপনি, মানা

নহা ওক্তরিবৈঙদা সাবনি, মাগী মমিংস্মু ফক্লাংদা ইবনি'।

কানন সোললি সোললি লাইসঙ তম্না লাক্লে, ফক্লাংদদা ইরম্মী 'কৎচবা চাওবা, ইঙাগী থানি... ... ...'। কানন ফক্লাংদা থেরগা মপি খাংহূনা লৈ, 'অকৎপা মহাক্তুদি............!'

'চহি খুদিংগী ইঙাগী থাসি অহিংদা অমুক্তা নেপ্তুনা, লৈ অঙৌবঙাক্তা কংলৈ। ঙরাং অহিংস্মু লাকই, হনখিবা কুইখিদ্রি, লৈকোলদস্মু ফম্লম্বনি। গারি থৌদোকখিবা কুইদ্রি, থেংবু থেংনদ্রা ইমা? এথোয় বাজি লৈরিবৈঙদা হায়রম্বদি পাখঙ মচা ওক্তরিবৈঙদগী অম্মা অদুম তৌরক্লে হায়, নারবফাওবদা লাকই। হৌজিকস্মু য়ুম পাললমখিরোই, বাজিনা য়ুম পাম্নবা কম্না হায়মাল্লে য়াদে হায়রম্মী' লাইপাম্নবহূনা বদ্রং বদ্রং ঙাংথরকই।

কানন প্রিথিবি অসি মচেং তানা চেৎখাইবিরক্লবদি মহুদা লুপথখুবদি সুংঙাইগদৌবগুম থললকই। নুপাহূনা অমুক মথা তারকই।

'লৈকোলস্মু মানা সেম্বনি, সিদস্মু লৈহাও পাম্বি, অতৈ লৈসিং মানা লোইনা থাবনি। লৈহাও মখোংদা তম্তুনা ফম্মী হায়, লৈহাওসে য়াম্না লুনা কম্না পিক্লিবৈঙদা সেম্নৈ হায়'।

কানন্না উরকই, থাইনগী মখোয়গী লৈকোন্দমক্কা মান্নবা সেম্লম্মী।

'ইবুংঙো, মা হৌজিক কদায়দা লৈ'

'খঙদে, বাজিনফাওবা খঙদে হায়রম্মী'

কানন ফমথরগা ফক্লাংদা থেরগা হিক হিক বপ্লকই তাইবং পুম্বা কাওবমখৈ। মমৌনুপীনা কৌরকপহূদা মপি তৈথোকই, নত্রবদি কয়াম কুইনা কপ্লমগনি তম্বা ঙমদে। কানন লাইসঙহূদা চংলগা অঙৌবা লৈরাংলক্তুদা মানা পুজরকপা অঙৌবা লৈরাংশঙহূ থম্মি। লৈরাংসিঙহূ অমত্তা ওইখি। লৈরাংলক্তুদা মিগী মরিক মরিক তাখি।

কানন হামচেনরবা থম্মোয় পুহূনা হল্লক্লে। মথংগী ইঙা থাসি অমুক ঙাইখিবা তারিবরা মতমহূ য়ৌনা মখোয়নিবু হিংবু হিংখিদ্রা? থম্মোয়নুংদা

ব্রাজৈ, মহাক কনাগা লৈরমগনি মতোমতা লোললমগন্দ্রা, অনা অয়েক থোকক্লগা কনানা সেবা তৌরমগনি। কানন লুকথরগা মিংলুদৈ সিঙ্গর-ক্লিবা পিগী হুরাহু ফিজিনা তৈথোকই। কানন্না উরকই মিথ্রা, থোঙ্গা-লনা কার থৌজিললকপদা থৌদোল্লকপা কারহুগা থেংগাহুনগে তৌবদা গারিহুনা মনিংদা হলনাগা লম্বী থৈদোক্লগা মথোয়বু হান্না চঙহল-লকখিবহু। লুংসেনগী লিনা ফাওহুনা মমি সামি উতৌবা সক্নমহু নিংসিংলকই, অদুবু মায়থোংহু লাকসিন্বা হৌমদে।

## পোথাখুবা থরায়

থা মগা তরুকসিদা হকচাংসে ফনা চাত্তখংলে। থবক হেক তৌবদৈ পংনোইদা নোয়খংলকই। সঙ্গ হেনগৎলকই, চাব থকপা চাংস্থু হেনগৎলকই। তনবস্থু হেনগংলকই। কনাগী ইংখোল সন্ন্ধ স্থুদা নোম্বা, চেন চোংবা, সাম্নবা পুম্নেপনি। ইমানস্থু কতন চুমললে মী খাইনা ওইবা ওফিসারদৈ থর খিং হেনমললে হায়দুনা চৈরিবনি। পাবুঙস্থু দাইএবেতিস মেললাইতিস হায়বদি ঈসিংদা অথু়া য়াওবগী লাইনাদু লৈ। য়ান্না নোয়হনবা ফত্তে, মরি চংপনিনা নোয়বসিদা নারকপগী চাং রাংলিবনি।

হকচাং চাওখংপা হনথনবা অয়ুক খুদিংগী রালকিং চেনবা হৌরে। মুমিদাং হোসপিতালদা দিউটি তারুদ্রবদি ফনা সাংনা সাংনবু চেললি। লমলোং অহুম ফাংবগী লমথাইগী খোংনাং মখোঙদু কিলোমিতর অনিগা থর হেললপনি। মদু য়ৌরুরগা অমুক হললকইবনি চেন্না চেন্না। হকচাংসে পুঙ মওং মাললক্কে তৌরম্বদৈ রাখলুনরা সাবাল ফজবা হেনগৎলকপোই নিংজৈ।

অমুক অমনি। খোংনাং মখোঙদুদদি য়ৌরগে হায়হুনা খা চিক্লুনা খুহুম সিঙদুনা কপ্পাকসি চিং চিংদুনা চের্লানিতৈদানে। খোংনাং য়ৌফাত্রিতৈ উপু দুকান মচা অমা লৈবদুই মমাঙদা ঐবু কৌরকখিবদু। বিরেন ওইরমমী, থাইনগী স্কুলগী মরূপ। স্বোর মপিদু ফাথ ফাখ লেপপি। মানা হায়রকই, 'দাক্তর, ঐখোয় ফাওবদং ....... ঐখোয় খুরাতোলদু অমুক্তা য়েংলুসি'। ঐনা হায় 'ঐদি চুপ্পা রালকিং চেললকপনি

খুংলাই য়াওদে, য়ুম য়ৌরুবগা লাক্কে' । অদুবু খুংলাই য়াওবা য়াওদবা অমুক্তং চঙলগা য়েংবিরম্মু হায়বদুদা উপাই লৈত্রদুলা-মাগা চঙখিন্নরে । ইসা পুন্না হুমাংনা চনপ চনপ লাওই, মায় মিং পুন্না হুমাংনা পুম্নুপ লুপ্লিবনি ।

মললবা সেগাইরবা থাঙতপ ওইনা পাকথন্দা সাবা য়ুম হায়গদ্রা থাংপোক হায়গদ্রা মদুদা চঙসিল্লে । তুপ্নগী কা অমতগী য়ুমনি । য়ুমদু ফক্লোংনা লেপ য়ৌনা যক্লোং থায় । ফক্লোংদুদা সম্থি চে, দম্বুর অমম্বা, খোয়রুফি অমদি ফিজেং ফিমল সেগায়বা থরনা অহুংবা তুংসিন্তগী থন্নবা হোংনৈ । থোংনাওগী মথৌ তাদে । থোংমায় য়াওদবা থোঙ অমতমক ফাংলি । মল্লবা রাচেংকি কাংথোল অমা লৈ, চরুগী মোমপাক অমা য়াওরি । ফমুংদুদা পোমফ্রি পোরাং মরক্তুদা অনাবদু হিপ্লি । কুংনা রাইরম তৈবিদবগী লৈমায়দু লৈকুক চংলে । কাচিন্দা লৈরিবা হামুক্লা পুঙমু মুরবা মৈরঙদুদা ফেংদোক চামথোকপিদুবা মৈরঙদুগা মান্নবা মুরবা চফু উয়ান অনিদু তুমপক্লা তুম্লিবোই নিংই । কোপথুবা সিলভর পুখুম তেংকোং অমা অনিস্তু লৈ । মৈথুনা মুসিললবা পুঙমু মুরবা মিরাংনা থললবা ফক্লাং কাচিন অমদি য়ুমথকতু উবদা, ঙসাইমথৈ চেললুবৈ হুমাং মরক্তুদা ইসাসি ইমক মকসিনথুবোই খললুই ।

অনাবগী হুপীদু ফমুংদা লুখুম ওইরপ ফক্লাং নপ্পা তুমপক ফম্নদৈ ঐঙোন্দা য়েংলকই । মোংলবা মললবা ফি সেং ইন, মকোক মরুস্তু নিং-থিনা হাংপিদবৈ ইফা ফা, কুইনা লুবিদবৈ খোইজু কারবা পুমসিন্না সৌ গারবা সম, য়েংবদা ইচে তমফাঙাওবীদগী হেন্না ঙাওবা মাল্লি । ইপঙ পঙনা পংলৈদা লৈবগুম্বা অমা ওইরবস্তু মায়থোংতুদা অরা মৈচাক্কি মম্মি ইরোইনরি । মুরা সেগাইবা অম্মা লৈরিবতুদা ঐ ফমথৈ ।

অনাবতুগী কোম সানা কুংলবা মিং অনি, মতোং য়াওদ্রবা মায়-থোংতুদ াকাপথোক্লিবা সরু সরু পোল্লাংতমক ঙায়ররা হকচাং, তপ নপ-

সিনখ্রবা চরি হাপ্লবা পুক, তাইফেং তাইরবা কুচু অসিবা অমনতুম হেন্না অহিংবা মানগনি । ময়াং কংমন্দুনা অমুক হেন্না কংথনিংঙাই লৈররোই ।

মকোক্তও মরাংও ঐদি মসকপু থংলুদে, তা তোমালনি । হন্দক্তা ঐখোয় মনিংদা পুখি তৌরম্মী । পৈসা হেন্না লোৎথোকখগা থবক সুবা লাকখিদবগী অমুক্তুং উন্নগে থবা তান চান্নদহুনা লৈরিবনি । ইমা পাবুঙগী থর লিকচবতুগা থর ঙাক্তগন চৈংথদুগা অহল তান্নরমদে, পৈসা হান্না থবক লোইদ্রিঙ্গেদা পিখোকখি হায়দুনা ঐবু ঙাঙ চৈরিবনি ।

ঐনা মখুং পায়রগা তপ্না কৌরুই, 'তা তোমাল' । তা তোমাল মমিং পাংথোক্লকই । ঐবু হেক উবদা হায়রকই, 'ইবুংঙো, ইয়াম্বা হকচাং ঙম্মদ্রহুনা লাক্লুবনি, মাম্মাগা ইনেগদা ঐ হকচাং হেক ঙন্নগা লাক্কে, সাওদনবা হায়বিয়ু । পৈসা হেন্দোক, হেনজিন অরাং-অপা কোম্না পান্নরগা য়াইদা ।' খোনজেলতু মঙম সান্দ্রে, চনিং চমাং সম্নুনা ঙাঙবা ঙমদ্রে । ঐনা হায়রুই, 'তা তোমাল অহুই নত্তে, মরুপ বিরেন্না ঐনা রালকিং লাকপসিদা অমুক্তুং চঙলম্মু হায়হুনা লাকপনি' । তা তোমাল মমায় মখুংনা খুমজিল্লগা কপ্পা খাঙডি । সোম্বরিবা মিঙ্গুল অমদি হোল্লিবা খোর মওংদু ফিবম অফবদি ওইররোই ।

ইতৈমদুদি রা লান লাঙদে, তুমিন্না অতুম নিংথমথাগী অয়ুক্তা পোম্নুংগী তেন্নরা অতবগুম তাসিন্দুনা লৈ । তা তোমালনা কোয়না মমিত্তু য়েংলুরগা তপনা ঐঙোন্দা হায়রকই, 'ইবুংঙো ইয়াম্বা নাবা নত্তেনে, চামন্দবদৈ সোম্বনি, হাপ্তা অমা ফারে করিমত্তা ইয়াদা তারক্তি, ঈশিং নত্তনা, ঐবুদি ফরে নতৈমসে করিনো খজিক্তা পীজবিয়ু' । তা তোমাল কপ্পি, সিম্বনিংঙাই পিদি লৈত্রমাল্লে চামন থকমন্দবনা । মরুপ বিরেনসু চঙলক্লে, ঐঙোন্দা য়ুম্নোমদা হিদাক ইরুরসি হায়রকই । ঐনা চংলগে হায়রম্বদা তা তোমাল রানা মখুং অনিহু লোন্নরকই । মখুত্তু খজিক্তুং পায়শিললম্নগা মরুপকী তুং ইন্দুনা ঐ থোক্লক্লে ।

পোংথাখ্রবা থরায়

চুম্নবা পোংলুম অমা থম্মাম্নদা খজিক নল্লশিল্লকপা হৌরম্নগা খল্লুদনা কাম্নরোম্ন মরুপকি মমাঙদা ঐ অতত্তাই নত্তে খন্দুনা ইসানা য়ানিংদ পোংলুমদু থাংথজখি। ঐনা হৈপা সাক্লবা য়াবা মক্কম নত্তে। ঐত্রনা রাজবৈ রানি। রাবিগদবা মখোয়দি থৌসাবিদে. উপায় লৈত্তে।

বিরেনখোয়গীনা হেক মনিংদনি, ইনাক য়াম্না খুম্বা নত্রবস্তু ফজনা অতুম লৈ। রেদিও মচা অমা, ব্লেক এন্দ হরাইতকি পোরতেবল তিভি মচা অমা, তেপ রেকোরদর মচা অমা, ফমফম কা অতুম সুনা লৈ। চা থক্লিদৈদা মকপকি ইমা লাক্লগা হায়রৈ, 'ইবুংঙো খঙদে মখোয় মতৈ মনাওসে কয়াম কুইনা থাক্লুনা লৈগদৌবিবনো। ঙমদ্রে ঐখোয়স্তু পুবা থাংবা, ইমাখোয়স্তু য়ুম অমা পাল্লিবনিদো। মতুনেনা মরোল থোক্লবি, সোনো ফোবো চুবি অফোংপি অমা হেক চৌসিল্লে. মথিবোং অনিসে থাকপদা ঐখোয়দি মতৌবে। সিমক্তদা লৈকাইনেনা মীরা ভাঙনবিবিস্তু লাই অমা য়াওই। ঐখোয়না থাব্লিসে খঙপোৎ নত্তে। আ দা ক্লর য়েংবিদেগা আ পোকমিন্নবা নুঙ্ঙুনা তৌবিনি, সিনিদনা। মোযনা নোংমত্তা হংবিবত্রো, থাকপিরববো পাই অমতং পাংলবস্তু নত্তে।' কৈকৈনো অমা অনিস্তু ভাঙখি. যুম্লোম্নবা তানবা। ঐ থওইনা অসাওবা লোইনবা লৈবাকমচা তাদবা হৌন লোনচৎ য়াওদনা ভাঙবা রাহৈ খরদি তাহৌবে। খুদককি কনখংনবা অনকপদা ফংবা গ্লুকোজ সেলাইন কাপনবা অমদি পীজ পীথক তৌনবা, অতুগা থুনা হোসপিতাল য়ৌবক্লবা ইরম্নগা ঐ থোক্লক্লে, হোসপিতালদা ভাইবমলগে হায়বম্নগা।

হোসপিতালদস্তু পুখৎলাক্ল, থেংনা লাকপস্তু য়াই হায়নুনা ঙৈহাক পম্নে। লাব্রোইদবা মওংতুদা ঐস্তু চখোক্লে লম্নাই থবক অমগী। য়ুম য়ৌবদা পুম্নম মম্লে। তা তোমালখোয়গী ইংখোলদা মী খরদি উরম্মী, মৈ অচৌবা থাংহোই। ঙসাইগী যিভমতুদা সোয়বোই খন্দুনা য়ুম য়ৌরক্লে। য়ুম য়ৌবগা ফি হোংলিঙৈদা চমানা খোংজিল ময়াদা লেপ্লগা হায়রকই,

ক্ষেল ওইহৌবা ময়েক নিংথিনা পাবা থোক্তবা তোম্বখোয় চাওরে। হাকুম ঙ্খোত্তা মন্ত্রিগী একতিভ ব্বারকর ওইনা কম্না চেনবদৈ থিকা মচা মচা সপ্লাই মচা মচা মন্ত্রিনা পীবিবদৈ মী উদবা হৈরবনি। চরা হেলশব্দৈ মবুক থললকপক্লনি। তোম্বা ওফিসতা লিপক লিপক লাকই। ঙাঙলৈ, 'ইবোহলগী উথ্রুলদা চে লৈহৌবে, ইবোবিগী চাদ্দলদা সোয়দ্রে, ইরাং কনখ্রবা অন্দরগ্রাউন্দ সেল থাইবা কনখ্রবা মক্কমনি, ইবোমচাহু সেনাপতিদা যাওহৌবে, নকই হায়বৈ ব্বানি মফম ফত্তে, ময়াম হায়দোক-পিরক্কনু, সেক্রেতরিগী পিএদগী লোম্না উহৌবনি, মী খঙহন য়াপোৎ নত্তে তোপ কনফিদেনসিয়েলনি।' ইবোহলবি ইবোবি ইবোমচা অযুক ঙম্না হৌগত্তুনা মন্ত্রি খম্বা চংলি। ঙা চানবা হায়দুনা মন্ত্রিগী পৈসা পীনৈ। ব্বারকরসিংনা হায় মন্ত্রিদা চঙনবা সীনগে ঐখোয় বদনাম চানিংদে, ইসা ইসানা পীনবিয়ু। থাথাগী গার্দ নত্তে, ওফিসার চঙবা যাপোৎ নত্তে। ব্বারকরগীদি মতম নাইদে, চঙনিংবা কান্দা কোক। মবোলফাও নিংখিনা থোক্লমদবা তোম্বখোয় হৌজিক্কি মহা অঙকপনি। 'হন্দক্কি সরকার কায়বা সোয়দ্রবনি, থা অহুমগী তুংদা। ঐখোয় মন্ত্রিখোয়দি রাজনিতি কুপখ্রপোৎনি। পোরম য়াৎখ্রবনি, এফসিএনাকা হোমগা পুম্না পায়নবা। খনি হায়বব, অনি সি মঙাইদবা। সিএমসি নিক নিক লাওনা লৈরবনি। মানা অতৈ দিপারতমেন্তকি থবক্লা খুং থিংজিনখ্রেনি। মাগী কোতা অহুম অহুমতুদগী হেন্না হাপনবা হোৎনরকপনি। ঐখোয মন্ত্রিশে থাথাদি নংতেকো, নহাল সিএমগা লাওনবনু, মমাংদা চাওনকা হায়রিপোৎনি, ঐখোয়না নুংসিবদৈ তামোনা সিএম ওইবনি, খুং থিংজিনবিনু, আইনগী রা ঙাংশিব্বদৈ সিএম ময়া কূমহুনা হনখ্রবনি। মনুঙগী কনফিদেনসিয়েল কাদনি, ঐদনু চা থিনজিন্না চঙঙখ্রবদৈ থেংনবনি।' অরাইবা তোম্বা নত্তে, মানা খঙদবা দিপার্তমেন্তকি অরেনবা লৈতে, অতৈ দিপার্তমেন্তকি ফাওবা থংলিবনি।

অঙ্কিং অথোংবদা ওরকর থোক্লে। তোম্বা ওরদর চে মন্ত্রি মণ্ডো পায়রগা সেক্রেত্রিয়েত্তগী থোক্লকই। কনাগী মন্ত্রি সেক্রেতরি কোপি কংপোং নত্তি। মৈতাললা ওফিসায় ময়াম ওমসিল্লগা লেৎনৈ। 'থিরেন্দ্র চান্দেল য়োরে মুকনা হায়ববু হাম্না পাও পীখ্রবনি, মন্ত্রি উন্নো য়াদ্রবৈনি', তোম্বা কলাক পেললি।- খর য়ানোম্বা হৈবা মমায় কম্বা স্নুরেসতি সনসেন্দ হনগংপা কুহুত্রবহু প্রোগোসনহুম কংলকই, অদুবুদি ইনাকখুম্বা কাংবুনিদনা। ইবোমচাদি উখুলদা য়াওরে, ইবোমচাগী সুকথবত্তু উরগা তোম্বনা হায়রকই, 'তামো ঐদি মণ্ডা নত্তুবদি য়ারোঈ হায়জবনি। ঐথোয়বু থাজবিদবৈনি, অনিচুদং হাপচিল্লগা লোইরবচুদা। তামোয়খোয়স্তু নোংমফাদোক মন্ত্রিশীদা সক উংশিরবা য়াবনি। মথং এসেম্বলি হেক লোইবগা অমুক থোকনি, মতুদা সোয়হনগুমসি। খা অত্তুম মণ্ডাইরেদা। আনন্দস্তু পৈসা খর নমসিলহৌবগী ফবনি, আ য়োৎমগদৌবনি। মন্ত্রি উম্মবা লাকপদা কয়াম থিনা চৈ, চংখ্রো চংখ্রো এন্লেকসনমনা পিপলসকি লুনা অমগা, য়াবরোই। সিংজমৈগী থোইবহু জনতাগী মীমি, মবাইদু স্ত্রেত পায়রম্বগী ফবনি। ভায়খো কুমহৈ য়েংথোদা, হন্দক্কি ত্রেনিং কাণ্ডবুগী স্ত্রাইকতুদা ইমসিম্বা য়াওবা মথৈগী লিস্তনি। চুরাচান্দপুবদা অমা চান্দেলদা অমা থাগনি, (মশিং ইবা চে অমা পুথোক্লকই), ইচে লৈমহলদি ঐনা হায়বিবদৈ নাম্বোকহৌবনি, ওরাং মন্ত্রিদা (খুংকাপশীনা তেক্ক কাপপি) নমসিম্বদৈ য়াওহৌদবনিদনা।'

মন্ত্রিগী মঙ্গলো মীনা কিক্র কিক্র ইমৈ। সপ্লাইগী থিকাগী, ত্রান্সফর স্তে তৌনবা, মোদিফাক্ত তৌবিনবগী, মাগী কেন্দ্রগী মীয়াম. ইমু ইমা মৌ নহা; পাখণ্ড লৈসাবী য়াম্মি। দাই হারদেসকি, পেন্সিলগী, লোনগী, ফোরেস্তগী উ য়াল্লুবৈ ফাখিবহু থাদোক্লবা, নম্বর ফোর য়োম্বগী চারম্বগী ফাখিবহু থাদোক্লবা, তুপী ফাখিবগী চেনখিবগী কেসকি। জেকেৎ লিংপা জিন সেংপা মহুংগীনি হায় মপালগীনি হায়,

মনুংদগী মপাল্লা থোক্লকপনি হায়, মন্ত্রিগী বোদি গার্দনি হায়, অনি অহুমসু মুক মুক্লনা চৎলি। থিকাসু মখোয়না তৌই হায় মনুংগী নামাদা। ওফিসার অমদি মন্ত্রিগা মরুবা মাস্নি, চা পুথোকপা য়াওই, তোম্ব-খোইগী থবক্রুদা। ইমুংদা চঙখি হুইতৈমবেস্মা হুইতৈমবেস্মা কৌরগা। অতোপ্পা ওফিসার অমদি কেমেরা য়াল্লগা চঙলকই। 'ঐখোয় সার মেদাম হুইতৈমখোই, অঙাংসিংগা কোতো অমতং লৌজহৌগে, নিয়ু হুয়ারগী মেমোরি ওইহৌনবা'। মন্ত্রিনা মিংচি খংলগা হায়রকই, 'য়েংউদনা মী মন্নামদে'।

পুং অমমুক লৈরগা লাকচগে হায়রল্লগা থোকখি। তোম্বা খোঙথ্রাও অমা পায়রগা থোক্লকই, 'তামো হুবোবি, ঐ মন্ত্রিগী খোঙথ্রাও অমুক্তা ফোংলুখিগে, ইংনা মী চংথ্রগা ঙাংনসি, ফ্রং সাওগংখিনি মীয়াম মন্নকসিদা। ঙসিদি ঙস্তানা ওব্বা অমনা চাবি লৈখৎলয়লবনি, তপ্পা হায়নসি।' মুপা অমনা থুনা চঙসিল্লকই, 'তাদা, ঐখোয়সাহেবকী খোঙথ্রাওতু ঐ ফোংলুরগে'। মন্ত্রি ফললপ য়েংখৎলকই।

রারি মথং মথং সায়ে, 'নঙগী করি..... হোয় খঙলেনে............ হেক্তা থুবা য়াবা নত্তে, দিপার্টমেন্ত অতৈগীদি মন্ত্রিতুদা অমুক হায়জল্লগ-দৌরিবনি ........ য়ারেকো, নুমিৎ তরামঙানিমুক লৈরগা খঙনসি'। অমনা ওনসিল্লি, 'ড্রাইভর বাবু, দিরেক্তরনা গারি থৌবা হৈত্তে হায়রকই, নঙগী লাইসেন্সতুবু হুরাল্লবরা ........ দিরেক্তরনা হায়খ্রবনি, গারি পায়রগা থৌবা মরাইনা হৈজরকনি'। মতোমতা ফাক ফাক নোকই।

পাঙল অমা চে অমা পুরগা চঙলকই। মন্ত্রিনা সাওনা ইঙ্খোকই, 'হুমিৎ খুদিংগী দিও অমমম পুরক্লদনা'। 'সার লোই কোক তৌথোকপিরগা লোইরে, থবক য়াবা য়াদবা মন্ত্রিনা চে হুবিখ্রে, লোইরেদনা। ভোং খোম্নবনি, ভোং অমথক নত্তে, ইমুংদুমা পুরা ওইদৌনি।' মন্ত্রিনা লোই

তৌথোকই, 'সে সে খর থ্নদা চংপিখ্রে।' । নোকমিংঙ্গৈ মন্ত্রিগা পাঙলতুগা। তোম্বনা হৈবোবিদা তপ্না হায় 'মন্ত্রিব্ ঙম্বদি কাখিরদনি, পাঙ্গল থুনপাক অমা পুরিবনি' ।

দাই হায়রনেসকি থবক্তি লাক্রিবা লৈসাবী মমা মচাতুদা ওনসি-ল্লকই । 'হৈতৈমা, মুপীমচা লৈসাবীসিদা তৌহনগে হায়রিব্রা ......... হৈতৈমা ওইনা তৌহৌসি ........মাদি মমুম পাম্লোকথ্রনি, মরাদ্গা মনেম্বোক্ক্গনা পৈসা থাইনিংলক্ল্রবাদি (লৈসাবীত্ত মমায় হৈচপমুক ঙাংই ময়াম মমাঙতুদা ), হৈতৈমা হান্না তৌহোরো, মাগীদি মতম লৈরি, কোম্না অমা হাপ্লিগে । হৈবেম্মা নঙ চেনখিবদা কেন্দ্র লাম্না চেনখিন্নুকো, ভোতর মাঙবা য়াদে, তিনসিঙ্গৈ থবক য়াই, থায়দোকপা য়াদে ।' মতোমতা নোকই, ময়ামসু নোক্লিংদনা নোকই ।

কাচিন্দা ফম্লিবা মুস্তুক মুবা মরমদমদা থবক ফংদতুনা সিন্নাইদা স্কুল লল্লোম্বা লাকপা কেরলা মচাতুদা মন্ত্রি ওনসিল্লকই, 'হৈহে মাগী লুপা চামঙাতু কাওই । তোম্বা, নতৈমদগী লুপা চামঙা লৌরগা পীখোসে।' তোম্বা ফল্লপ কোয়না য়েংই । থিকাদার নহা অমনা থবাক্কী ফুরিকথাওদগী চামা চংপি পেদ্রেক পেদ্রেক লাওবতু লৌথোক্রগা 'সার ঐ পিজথ্রগে' । মন্ত্রিনা অমুবতুদা হায়, 'দোস্ত ব্রোরি, স্কুল রিল বি বিকোগনাইজদ সুন এন্দ ফোর এ্যকোমোদেসন, ইজ ইত অলরাইত' ।

নুপী ফাবগী লাক্লিবতুদা হায়রকই; 'কৈনো তাদনা হায়রিশিবু, মুপাহুগী মপানা ঐঙোন্দসু ঙংলম্মি । নচামুপীনসু মসানা য়াই থুমদোক্লক্লে, ফাথ্রবসু ফাই হায়বা য়াদ্রে, মসানা য়ানা চেম্বনি হায়ববনিনা । তাদসু মঙাই হৈবাইসু মঙাই, অমদা হেক চঙলুবদা, ঐঙোন্দা সাওরককদৌরিনি । ফন ফনবা ঙাংনবিয়ু, হা চুমদব্রা তাদ, ( ময়ামদা ওনসিল্লি ) ঐনা হায়রিলিবু কায়ব্রা , ঐগী মী ঙাক্লা থংনরক্লে, কনাদনো ঐনা মীচঙ ওইদৌরিসিবু ।'

'নওগীদুরা নম্বর ফোরগী ( ফোন পায়থংলি ) ..... ওসি সাহেব .........হোম্বনে থাদোকখ্রে। হায়রেদনা ............ হৌজিকমক, দিআইজিনদি হায়রক্রুরা ( সাওনা ফোন থম্মি ) সসপেন্দ কোক হেক তোবব্রু। ঐগী কেন্দ্রগী মীনি ওরাংনা থাদোকখ্রে। হায়রেদনা .. .. য়ারেকো ইবুংঙো, ননাও নম্বর ফোর চাবহু য়ুমদা ডাইরুরো।' মতামতা ফাক ফাক ফাক নোকই।

অমগী মথংদা অমা লোইখ্রে। তোম্বগা ইবোবিগদা ডাইহৌরে। মাস্তর তোম্বদা ওনসিললকই, 'তোম্বা, মন্ত্রি ওইবসে তনখ্রপোংনি পৈসা থর কোম্মি হায়বৈ রানি। এমএলএনা নুংঙাই হা, মন্ত্রি ওইজরোই হায়রম্মু য়াদেনে, তুম্বনা পুং তরাদা, হৌগৎপনা পুং মঙাদা। কৈনো নহালরাই খোঙ্গাল্দা মাংসিললম্বগী হৌজিক পোপথারুবগা থংনরকইবনি। লৈকাইদা চংলুবদা য়ু থকপগা হোতেলদা থেংনরবদি গিলাস অমা সং ইনসিললকইবনি, তৌসিনে হাযত্না থক্লেদনা, নিবি নাম্নরগফাওবা থকইবনি, চম্বা সাবগা। সন হুরাল্লুবৈ, মরা লৈবা নুপী চেল্লুবৈ, লৌরি য়ানবগী, নৌ ঈসিং ফাংপগী, খোঙ্গুল লম হেনজিনবগী, ইংখোল য়েন্নবগী পঙথংতা থংনবনি, রাকংপনা ঐঙোন্দ। সোরাং ক্রিরোই, নাহ্রংপা লুহোংবা, গোরলিনা জগোই বাতৌন কুংখ্রবজাৎনি। চংলুদ্রে সাওরিবা, ঐ য়াওবসে ইজংনে মখোয়র্গী, হা ঐগীম্মু ভোৎনে, ( ফাক ফাক অমুকম্মু নোকই ) .........ইবুংঙো ইবোবি, ঐগীদি অমুক্রুং খোকখ্রবা হোংদোক্লে। মথং থা অহম লৈবগা এসেম্বলি মতুংগীদা মোইদনা য়াওহনগে, অংরাইদা অমুক লাকউ।' ইবোবী চেথাও অমা লানসিল্লি, 'সারগী অরাং অপা অতে অতৈদা সিজিনবীয়' । অতুগা থাও থম্মগন্নুমি হায়রগা লোহোই। 'জোইনদি তোরুরো কাবোই কাদবোই, নখোয়গী ডিসত্রিক্ত ওফিসারদুদা ফোম তৌথগে, থা অহমদি য়ুমদা ফম্নগা তলব লৌরো, চংলো চংলো।' মন্ত্রি মখোও থর থিংখোক্লগা

চৌকিদুদা ঙাথখি, ৱারমাল্লে হকাম চল্লি, মখুং অনিন্থু ৱাংনা থাঙ্গৎলগা।

ওফিসতি মহৌসাগুম ইরাং লাংই, মথৌদা পুক্রিং চঙনদে। অতুগী অদা ওন্থোকখ্রে, অদাগী অতু তৌগে। মাগীদি পৈসা হাম্বনা পীসিনখ্রে, অতুমগীদি ওইন্থু ওইহৌদে, পৈসাতু তোম্বনা চাথোক-খিবমাললে। মন্ত্রিদা পৈসা য়োরকপরা হংলুবস্থু য়াবা নত্তে পীদ্রে মথওন্থু য়াওরোই।

নুমিৎ কুননি ৱা ৱা নিল্হৌই। মমাঙগী ত্রানসফরগী ইনিল খর তপথরকপতুদা অমুক ৱা ৱা নিল্লবা হৌরকই, ত্রানসফর মখোয় চাম্মুক থোক্লৌরে। ইরাং লেপ্লোইদৌরি, কুইনা সাংথখিদৌরি। অতৈ গেপ্রদকী ত্রানসফরস্থু ৱাংহৌরি, মতুগীস্থু স্তে মোদিফাই ময়াম অমুক লৈথখিহৌদৌরি।

সরকারগী বেঙ্করপ্ত ওইবনা থবক অনৌবা হংপ্লা য়াদ্রিবমখৈ মন্ত্রিগী সেল চাকম ত্রান্সফরনা ওইদৌরি। কৈদৌঙৈ সরকারগী পৈসা লৈরক্তুনা অনৌবা পোস্ত ক্রিয়েত তৌগদবা! কৈদৌঙৈ ত্রান্সফরগী ৱারি লেপকদবা!

---

# তুরেল অহম্বী কায়বা

ইকং থোক্কনা লৌবুক পুম্বা লৈকাক চৎলে । মেরা য়ৌরবফাওবদা ইওাগী নোংছু চুখিত্রি । লংচাক হাম্বা হৌরগা মরু চঙবা ঙমদনা ফৌরাম সাংপা লৌফম কনা য়াওরে। লৌফম খরদদি ফৌ পাম্বিছু চরুছু মঙাইরে । দাম সারবসু রাজনিতি কাওবুনরা, ইনজিনিয়র কাঙবুনরা আ মখা চখনা সাম্বিবনা মথক্কি অতোঙবা লমমখৈ ঈসিং ফংদে । দামগী কান্নবা মখা মায়কৈদতা লৈবা খরদংগী ওইরগা তোক্রে । মথক্তা সারম্নবদি মথক্কী অতোংবসু, মখাগী অকাৎপসু লোইনা ঈসিং ফংনরমগনি ।

নোংমা নিনিসিদা তুরেলগী ইমায় জর জর হেনগৎলকই । সিরাইদা চুদ্রবসু চিঙদা মরুদা কম্না চুবননি । খুদোংথিবা চাংদগী ইমায়ছু হেনগৎলবই । ইচেল ঙাওনা চেল্লকই । অয়ুক্কি তরেং মখায়গী পাওদা লাওথোক্লকই, কৈরক্তা কায়খ্রে, কোংবা থুমখ্রে, খাইরম্বনগী সামু থুমখ্রে, উরিপোক নাগামপাল ইচুম্না লুপখিগদৌরে থৌবাল তুরেল নিংখাইবদৈ কলহৌরে. ইমফাল তুবেল খাইদগী খুদোংথিরে' ।

নুমিদাংরাইরম তুরেল অহম্বীগী নোংপোকথংবা তোর্ব্বান ইফুং ফাওরকই । অবতুল রহমনখোয়গী উকু মপাছদনি । উকু সেম্বা মতমদা কুমহৈ থোকথিবনি, লোকেল এমএলএ য়ৌনখিবনি । অবদুল রহমম্না লৈকাইগা খৎনরবসু খৎননা মুক্কনা ঙমহনা হাপখিবনি, মমাঙগী ৱাকচিং থাদা । দামগী কান্নবা ফংদবনিনা ঈসিং চাওবা কান্দা ইংখোলদা লৈঙোই হাজিলহৌনবা, পুখ্রিদা ঙা চঙহৌনবা হাপখিবা উকুনি । লৈকাইনদি লাওখিবনি, ফত্তে ঈসিং কায়গনি; ময়ামগীসু য়েংউ । অদুবু কনামতা

অতত্তাই নত্তে অবদুলনা খুংজিংবা সাগৈনিনা ঙমখি। উকু মপাল মম্বায় চেক শুঙ চলহৌদবা অমদি লৈবাক নিংথিনা শুজিলহৌদবদগী ইফ্লুং ফাঙ-ল্লকপনি।

ইফ্লত্তু অনুম চাওসিল্লকপদৈ মসজিদগী মাইকতা লাওথোক্লকই, মী থোক্লকবা, ইফুত্ত্ৱ ফক্লোং নাক রেং ত্তুরেল'থোংনুঙ অমদি ইংখোল-লোমদা মেলহৌনবা। অবদুলখোয়গী লৈকাইগী মী অমত্তা থোক্লক্কে, মথোয় ইংখোলগী মচিল মনাওদু লুংসিদবদে। উচি বল্লকপদে য়ুম মৈ চাকপা কিদবনি। থোং লাল্লকুনা ত্তুরেল ল্লাংমদৈ নহারোল য়োৎপাক থাংজৌ পায়দুনা চেম্থোক্লরকই। অনকপা ল্লাপলদৈ ল্লা য়ান্দুনা ইফুং মেল্লবা সেম সাই।

অবদুল মপা মচা লোপ্ত থাংজৌ পাইদুনা চেম্থোক্লকই, 'ল্লা খাম্বা য়ারোই, ল্লাত্তং ঙাক্লনি, মমল কয়ানো থঙব্রা, মী উসিত্তবা সারদনা'। উল্লা উল্লা ঙৈহাক লাওনৈ। অবদুলখোয়গী খোনচোপ খোনথি ঙাইদুনা পাইথোক্লকপদুদা নহারোলসিংদু 'অতত্তাই নত্তে কায়নিংমখৈ কায়জৌ, ঐখোয়রোমদা সোক্কদরা' হায়রম্মগা অহল ময়াম্মা খাম্বা য়াদনা হম্মখ্রে।

মুমিদাং থেঙজিল্লকই, ইফুং চাওবা হেনগংলকই। তোর্ব্বান মথক য়োনা জবোং নিংখায়রকই। ত্তুরেল মরিলদা চেল্লম্বা অঙাওবা ইচেল য়ুম ইংখোল লৌবুক লাইরু ইনাকথুম্বা, মী ফবা ফত্তবা থিদনা মনিং তম্না চেল্লকই। লৈকাইগী মী পুম্বা মাগী মাগী মপোং ময়ল চেকসিন্নৈ। অঙাং অহল থাক্লনা লৈ হাইফেৎ কারকপা কোবি থমচেং, লেক লেক মকানা ফম্মবা হঙ্গাম মরু কাফাত্তিব্রা তিলহৌ চনম মরোই মপাং ফুকপা লেনবা লাক্কে। অমম্বদুদা মা মাদুনা য়েম্নখাদগী য়েনবী য়েম্নাও, ঙানু হামেং লোইসিম্বা লাক্কে। মচা মম্মুসিংবু অহলসিঙনা ল্লারক্কে, য়ুমগী ইংখোলগী হাম্মা হোৎনদনা লৈকাইগীনা হাম্মা কৈদোনা হোংনদোইনো লৈকাই অম্মুক য়াম্না লৈরিসিবো হায়না চৈনবম্মু য়াওই।

লৈরাংতোন, লৈরাং বিবি,নুরজান, বসিরা মখোী চিল্লি মচা মাপল মাপল তরা তরাদু লোইসিন্না লাক্লবদা। অপিকপা মচাময়ামদু মাঙ্গোল্লদা তাসিন্দুনা লৈবদু বোইলর মচাদু মঙাই। ঈসিং কায়বা পাকপদি লুথবদি হেনগৎলকই। পল খিংবদি হান্না লৈরম্বা খর নত্তনা অনৌবা থোক্লরক্তে।

অয়ুক অঙম্বদা এই এসও ফ্লদ কল্ট্রোল কাওবু লাকই। নুমিদাং তম্বা রাৎপনরা মমায় মমিং ঙাংলি ঙাংলি তৌই। হেনজিন্না থকচিললম্বসু য়াই। ইক্লজথোক্লগা লাকপনরা অঙম্বদুদা মসমদু চোংলি চোংলি কা চপ চপ সায়না লাকই। তৌবৈদি থবক চিন্দুনা ঙরাং থেঙবফাংবা তুম্লমদবসু য়াই। লৈকাই হুপ্পা ফুগে তৌবদৈ চেনথি। ‘থোরাবিসিংসে, মখোঙ মথুং পুল্লপ পুনসিললগা ঈসিংদা থাদোহে, নহালমখৈ কৈদৌদনা লৈ, কায়ড্রিংভে সেমজিন্না য়াদবরা। ঙরাং অহিংচুপ্পা কায়দুনা লৈববু কনামতা লাক্তে, সেল ফংনি খন্দুনা হৌজিক্তা লাক্লিবা নত্রা’। ময়ামদুনা চৈসিল্লি। এসও এই অয়ুক সক উংলদ্রে। অমগা অমগা পংলাও লাওনবদি লেপত্রি, থবক্লদি ইপাঙ পাঙদে। মীতৈ নহা তমা অনিসু মচা পুতুন। ঈসিং কায়বা য়েংবা লাকই, অদুক চিললিবা মীয়ামদু ফাওদুনা চঙসিন্দলকই। মতেঙ পাংবা লাকপা নত্তে, কুমহে য়েংবা লাকপা ওক্লরমগনি।

নুমিদাং পুং তরেততা থিকাদার থংলৈ, খেরগাওদগী নহা করিম খান; চহি নিফু নকয়া, মুরপ, ফুলৈনৈ। থানা লোয়নরকই, এসও এইনা পাও পীখিবদৈ থানা তাক্লুবনি। ফক্লোং, বোরা অহাংবা, পৈয়া, থৌরি তাতা মপোৎ অনি থৌজিল্লকই। হাফলেমপ অহুম মরি চুখংলে। থবক সুগদবা মী খন্দোক্লে, নোংমগী হাজিরা পীগদবনি। নহারোল ফনা য়াম্না চোংথোক্লকই। চহি মাপল তরাগী অঙাঙসিঙগীনা লৈঙোই বোরা অমমম হাবদা লুপা অনি অনি পীগনি হায়বদুদা অঙাঙ ফনা য়াম্মি। অবদুলগা রাপলদুদা পুম্না মমল ঙাঙনৈ। বা য়ান্দুনা উচুক য়ুংবা হৌরে। থবক সিল্লমগা থিকাদার থানাসিঙ্গা হনখে। থবক

তুরেল অহম্বী কায়বা

হৌবা পুংথাক্তবু ফাবা ত্তি, মুং থারকই কুন কুনথ্রারক পোম্রোক পোম্রোক থবক সুফমলোমদা অসোম তুরেল ব্লাংমদৈ। থবক মুরম্বা কাওবু হাংলো হাংলো ব্লা ব্লা লাওতুনা চেম্নখি। মুঙ কিবদৈ থবক লেপ্লে, কনামত্তা অতত্তাই নত্তে। ইসিংদি লেপপা লৈতনা হান্নগুম চেম্বরক্লি।

অযুক ওম্না থিকাদার করিম লাকই। লৈকাইগী মীয়াই চম্নপ তৌবা আইন কানুন খঙবা মংম্না গাংবা অমগা মরৈ কন্না য়েংনবা হৌয়ে। পুং কুনমরি ওম্না ইসিং বাযবরক্পাওবা কদিগী থবক তৌদ্রি, হৌজিক্তা সেল ফংনবা লাকইবনি হায়তনা থিকাদারদা থওইদনা চৈ। থাথাংগী কবিম নত্তে, সুম্বসি থেংনতুনতা লাক্লবনি। অনিতু ইন্নবকই মথুং মথুং পাযনতুনা। ময়াম ব্লা ব্লা চেন্দুনা থাম্মৈ। থিকাদারদু ইসিংদা নান্নখি। তুরাংগী উচুক্তুদা পল্লমদবদি ইসিংনা চেম্থনা মরাইবক থীবমগনবনি। থিকাদার পুমগোং চোংলে, ফ্রবিংথাওদগী চামাচংপি থাঙথৈচংপি মপুন অনি অল্হুম লাকহিন্নবকপা মুহোরিদুদা পীসিল্লি। ইসিং ফান্নবদা মত্তেং পাংনব থল্লা মাইক্রোফোনতু তাপ পায়দনা লাওগে তৌবদা, লৈকায়গী থিকাদারনা মীচউ চওবা অহল্ল অনৌবা মুল্লি, মতাঙ চাদ্রি হায়দনা। অহলদুনা মাইকতা লাওগোকই, 'ময়াম হংদোকপিয়ু মসি কুমহৈ নত্তে, অমাংগী থন-থিবা নহারোল্লসিংতুদমক লৈরিয়, অতৈদি থবক্তা খুরৌ চেন্নবনি . . হাই নহামচাসা চংল্লুনহৈ, 'তুগা মমাসিংনা নহামচাসিং থাদেকপিদকনু।'

থানা লাক্লে, মসম তুম্বদা নৈসিনবৈ লব্লাইদা তুমথংপম্বু য়াওই। তুম্বদা সেংপগা সুবিদবগা পাবদৈ থাকি ফুবিং খেন্সুাওতু স্নপতেক নাতেক্লে। কাপপা য়ারিববা, কোলহিংনা জং হাইগংপরা নব্রগা কাপপা হৈরমখিগদ্রা, রাইফল অসাংবা অমা অনিস্থু য়াওরকই চৈতুপ মচাসিংগী মরক্তা। হৌজিক থিকাদার অনৌবা থৌনা লাক্লে। মাইক্রোফোনতু পায়রগা লাওরকই, 'সলাম মালেকুম ঐদি ইসিং কায়বৈ থিকা লৌউ-নিংদবনি হাকুমগী নয়াপৈসা অমফাওবা ফংদ্রি। অতুবু হোনরেবল

মন্ত্রি অমদি চিফ ইনজিনিয়র অনিনা ওয়াং লৌরাংবাইরম ফোন্দা তৌদবা য়াদে হায়বদৈ খুদক্তা থবক হৌনবা লাকচবনি । সেকুরিতি হেক চংখিবগা অসোম রাংমদৈ মুং থাজিললক্কুনা থবক লেপখিবনি । ওরাং অহান্বা ফেজ ওইনা ফক্লোং বোরা তাতা মপোং অনি পুজরকপনি । অহিংদা লোইনা ছবিখ্রে । ওসি অয়ুক সেকেন্দ ফেজ ওইনা পুজরকপা পোংনি সিজিন্নরিবসি । হায়বিয়ু ঐগী করি ইরালানো । অতোপপা লমদমসিগী মী অমা চোংথোকপিরকউ । ঐগী পোৎ মাওজসমু, ঐ তোকচগে ইসিং চাওবৈ খিকা লৌবিয়ু কনামত্তা য়ারোই, খুদানা কসম ।

'তুগা ঐগী ইসেল জিয়া, নওনা পুসিন্বিবদৈ নবাইগী ফিভমসি য়েংউ । নও মাইকসিনা তাবা মফমদা লৈরবদি অহুম লোওনা লৈয়ু । নওগা তিন্নরুবদৈ নবাই নুঙাইরে ।'

নহা অমা চওসিললক্লগা মাইক্রোফোন্দু মুললগা মরি মরাং পং পং থদংলি ওাওনা ওাওনা, থবক তৌনবা সীনগে হাইদ্রগা রাজাও ওাওদুনা লৈরে' । মসা লাক্কুনা ইনখি । ময়াম উরা উরা লাংই, লাওনৈ । করবলাগী লান্দু মডাই, মহাভারত রামায়নগী লানজাওনা হেললম্লোই । থানানা থামদোকপদৈ তুমিন্না তোক্লগে ।

সাওনবদৈ লাওনবদৈ অনেকনা নহারোল থর নত্তনা লোইনা য়েংদুনা লৈনৈ, থবক সুবা য়াওদে । ইসিং ইমাইস্সু হন্থদে । অসোম রাংমদৈ সোম রাংমদা লৌ লৈবা কাওবুনা থললি, লৈওোই ফজনা হাজিললনি, নোংমৈদে লৌ চারনি । ফনহুম ফরে থর কুইনা কায়বনা । সোম রাংমদসু ময়ুম থুমহৌদবা কাওবুনা অহুম্না থললি । পুখ্রিদা ওা ফন য়াম্না চওহৌগনি হরাওই । অবহুলখোয়গী ইংখোদু থয় কুৎপগা ইসিংনা সাইজিন য়ৌই । মসক হুংসিদবৈ হায়রুরবদি অতৈ রানরবসু থর কুইনা থুমখিসনু থম্নে ।

লৌরাংরাইরম পুং তরুক মসজিদদগী আজা লাওরকই, তাইবও মপুগী মিংথৈ সক সোন্দুনা । ইসিং ইমায়সু হন্থদ্রি তোর্ব্বান কায়বসু থিংবা ওমদ্রি । ইচেলনা লাইর অনং মীচ' থিদনা য়ুমথোও থন্দনা চেম্বার লেপ্তুনা ।

---

তুরেন্দ্র অহন্বী কায়বা

## বরদিন

দিসেম্বরগী কুনমঙা, বরদিন হুমিং খৃসতিয়ানশিংগী খ্বাইদগী হেনবা লাইগী হুমিংনি। অচৌবা কুমহৈনি। লাইর অনং নাইদনা হুমিং অসিতবু ঙাইহৈ। চহিচুম্বা অমুক্তা ফি অহনবা হোংবা মমঙদবা লাইরবদৈ লাইরবফাওবা হুমিংসিদদি যিরোল অহম্বা হোংনরিবনি। গিরজা চর্চতা চত্তুনা হুমিং কয়ানিগী মমাংদগী হুমিদাং থেংলবফাওবা লাইসোল ইসৈ সক্লিবনি তাইবঙ মপু মাবু সৈথান, পাখঙ লৈসাবি কাঙবু কাঙবু। সন হুরোই ওক কক্তুনা য়োনবা লৈনবা হুমিং কয়ানিগী মমাঙদগী হৌরক্লবনি। অঙাংসিংগীদি সিদগী হেম্বা কুমহৈ অমমুক লৈত্রবনি।

য়ুমথোং কয়াদা অঙাঙবা অঙৌবা অরংবা মচুগী নত্রগা ময়ান ময়ান মচুগী থরানমিচাক সাত্নুনা রা য়ুংতুনা য়াল্লি। কনাগীনা য়োংচাক মতোন্দা য়াল্লি। কনাগী অননা চরু ইকু মতোন্দা চৈ মচা অমদা য়াম্বসু ময়াওই। মন্নুংদা বলব থাদুনা হুমিদাংদা হেম্না ফজহম্বসু য়াওই। য়ুম থরগী মাঙ্গোল কাচিনদা খৃসতমাসকি উপাম্বি লৈয়ে। চপচাবা উ ফংদবনা উচান মসানা লেম্মি। খুদোলপোং মিং থাহুনা থমনৈ ফংগদৌরিবা মীগী মমিংদমক থাই, পীরিবা মীগী থানদে। অহিংদা ভোলুন্তিয়ারনিঙনা লোম্না খুদোলপোংসিংডু য়ুম য়ুমদগী খোম্লগা, নোং ঙাম্বগা খৃসতমাস ফাদর সানতা ক্লাউসনা মসিংসিঙহ্ য়েংলগা য়েম্থোকদৌরিবনি।

চর্চকা হেক নরবা থেল মচা নত্রগা চমপাক মচাদা জিঙখনা থারগা কনানা উচান মসানা অমুকতু য়োমসিন্দুনা মথক কুম্বা কুপ্তবা খৃসতমাস

হোল সানৈ । অঙাঙ নুপীমচা নুপামচা তল বোরা পাক্ষর য়োললি । মীতৈ হৎনবী বেং বেং ঙাঙবী অমনা পোং য়োনবা লুকমাই মচা অমা পুতুনা হৱাই অঙোবা, বোরা, সিংজু য়োনবা লাক্লবদি অঙাঙসিংঙহ্ন সাওনা বেদোঙ বেদোঙ ঙাঙনৈ । নহারোল অহলসিংঙফাওবা সাওনবা য়াওই । ফাগি ওইনা পাখঙ মচা অমা অনিনা লক্লে হৎনবীদুদা, গোবেক তু মনিপুর । সিৱাইদি মনিপুর নত্রদোনা । ফাগিমক ওইরবসু ৱাখল অমা মনুঙদা লৈন্তবদি নত্তে, গেন্ত্রের নাগালেন্দ কুকিলেন্দ দাবী মতমসিদা । ময়াং বিহারী লাক্লগা ফৈ ফত্তে খঙদবা হিদাক্লা মচু সঙবা মিথাই মকুপ, দমরু অমা কোদ্রোক কোদ্রোক খিঙহুনা লাকপহ্ন অহল ফাওবা পাই-সিনখি । সিকি মখাই লুপাগী চেদা ময়োম ময়োম গেন্না গেন্না সায়নৈ । ময়াংবুদি মখোয়না সাওদে, মীতৈবুদি কনাগুম্বনা নুংসিদে । মীতৈনা মখোয়বু হন্থনা জীবহুগী লমন ওইবা য়াই । অখুবা মীতৈগী মিংয়েংগী ফল ওইবা য়াই । অহুগীবু দি হেক পোক্‌মিন্নবা নুংসিনদবা ইয়াম্বা ইনাওনা নুংঙাইখিদো সরুক অতোপপানা নুংঙাইখিবনা ফৈ খন্নে মীওইবগী হৌনসা ।

হোল নরুনা লৈবা য়ুমহুগী সুমাং ওইরপা লমহাং মচেন্তুদা সা কক্লিবহুদা ময়াম ওমন্নিনৈ । সন মকোক অমগা ইরোই মকোক অমগা নাকল অমনমদা লৈ, সা মসক খঙনবনি । সন মফৈ অমা চৈ অমদা লেংথোং নাবগা এর্সভিস স্তাইল তৌবা পাখঙ মচা অনিনা চাওথোক্লা পুখি । লৈসাবী মচা মিং থক্কংপমখৈ কেরবী ক্লিজেং লৈতেংনরবী অনিনা সনসা মকক অঙাঙবা অচোবা অমমম দৈয়ানা কিসি য়ান্দনা পুখি । কদাদিনো অৱা ফদিগোম মপুল মচা অমনমসু পায়খি । তুম্বদৈ মসম হাংত্রিবা, কুইনা লুদবৈ চকক্লরবা সম্লাং, নোংজু মুংসা কুইনা য়াওনমিন্নরকপে মকসল্লবা মায়থোংগী কুচুহুদা মায়হিং মপাক মপাক, মবুক চোম্বী, মথা চোম্বী ( মীরোল্লন্বসু য়াই ) মৌ নহাহ্ন থবক ফনা চিললি । অমুক সুমি-

হুবিরবা ফবেক্তু, কৌরপ লেংলি। সন হমুবী কুয়োল হবা, মায়া সউনগী জেকেন্ত মকক তাম্মা খুদাং তাবংলগা লিংলি। ফিবোংউপ অক্তাওবা অমা, খাকি মচুগী লিফায়গী মোজা অচোম্বা অমা উম্মি। সউনগী খাঙ-অমম্বা অমসু থবাক থায়না থাওওন ওইনা য়ানলি। সোরি মচা অমনা সন মকুক-মনুংগী অথোংপা কুরাংখান্দু, মপাক মপাক কন্নগা লংবার খাও অমদা হাপচিল্লি। খুদাং য়োনা হু ভৈরবা মথুক্তু নাপিগী লিব্রাক্কা কাবক কাবক ভেংথোক্লগা হুমা ডাঙলি ডাঙলি হুচোং চোংনা ফুরিংথাও হুমখি। বিরি মচৈ অমা পুথোরক্লগা চঙ্গি, ফুং ফুং মরি নতারক সাংনা চিংলগা লংথোকখি। মঙক খড়িক লৈথোক্লগা খৌবুম থম্না লৈরম্বা তিল-চোম্লপ চোরোপ সিত্তোর্কখি। খোমগংলাই চুবা মবুক তবি তবি ফংবা হুইনাও মচা অমা, চি থুংলবা মত্ত কোম্লবা হুই তমোম অমা তনোই তনোইবা হুইনাও মচা অমা, ওমসিদলিবা মীবক্তুদা চঙনবা লাক্লি। সরু, মতোং মচেং মরাং থরদং ফংহৌনবা হোংনরি। চাইনিজ য়াগা মাম্বা তেকসাসকি মীসু মাম্বা সউনগী খোংগাও জেক্কেং লিংপা প-খঙ মচা অমনা চক্লরকই, নওগী সাসি অমোমনে হাংরোইয়ে। তুপীতুগী তুপা-তনা সাঙনা হায়রকই খুদোম্বিনা সা অংসেম্বহুদা খিললগা, 'তু সিত্তা য়াওরিসিতি, ঐকুমপা নওকুমপা অলাপনি'।

জিংখগী য়ুমথক্তুদা ইরোই মকক অনি তমসু লৈরি মেঙলবা তুংমা-তুদা। ওসিদি য়ুমথোং থুদিং সা থোংলগদৌরিবনি। ফংনহৌমম্বা কিক কিক ইম্নরিবনি। সা বোমহৌররোই থক্তুনা য়ুম্বুদুনা, সন লামচা অনি অমসু চিংথোক্রক্লে। থোক্লগদৌম্বিবা থৌদোক্তু খঙবগুম মপি তানা চত্তনবা খাঙই। পাখঙ মচা অমনা সকই উত্তুপ অমনা সন অমগী মচি কারক্তা অমুক্তমক সাকু কম্না হাইথখি। মোহ অমুক্তুং খোংলম্লগা ইঙহাক লৈরগা মথোঙ ফিত্রিং ফিত্রিং কাওরম্লগা মমিং মনা ওনখংলম্লগা লেকখখি। য়ম্বামহু অদোমদা অমুক ওনসিন্নখি। অতোপ্পা

সর্ম অমত্তুসু মখোঙ খৌরি লৌসিল্লগা তং হম্না অমুক্তং কংথিং চিংথদা থৈনা তুখি। মন্নাম চঙভুনা নখ্রি। থজিল মপা য়েংলগা লোরি মচিল তুম্বা অমনা চক লাওনা থিল্লগা অমুক্তং ওংখি। কুইদে তোল্লবা সাহু লেকথখি।

মীতৈ তুপা অমনা নাকলগী হোটেলদা চা থক্লপদে হকোইবচু উবদা হোটেল মপুক্তুনা হায়, 'অসে অসেংবা সননি, মপুসিনা মীগা চপ মান্নবা চাক পীজরগা য়োকপনি'। নেপালি বিহারি দুকান তৌবা কাংবুদি তোয়না উবদে হৈনরবজাংনি। মেদিকেল একাওন্তমেন্ত থৈগ্যা হত্রবত্তুনা ভারাগী কাদগী মমিং ফাক্রি ফাক্রি হৌগংলকপদা মাঙোলদা য়োল্লবা সন মকোক য়াল্লিবত্তুদা মকোক অতাংবত্তুনা বাইসিল্লি। করুতবোলগী হেদ তৌবত্তুঙাই। সাওক্কবা য়াবা নত্তে, হোরেল মুমিদাং নুংনা লেন তারকদৌরিবনি।

ঙরাং অহিংচুপ্পা বেরোল চত্তনা মপু মাগী মগুনবু সৈথাত্থনা গিতর কোন্দুনা হৈসে সকখি, লম্বীদা, থোঙ্গালদা, কনাগী য়ুমথোংদা। পাখঙ লৈসা ঙাক্তান মথোক কায়কপা কারকপী। অমম্বগী খুদোংচাবা লৌ-নবসু কোঙ্গাইনি। অহলসিঙ কনানসু থৌসাকুদে, মপু মাগী মিংথে সোম্বু। মখোয়সু নহা ওইরক্লিবনি, খন্দোকই, লাওজসনু, চুংঙাইজসনু। পাখঙ লৈসা মতম্ব সি ঙাক্তনি। লৈসাবী পুংককপী অনিথক কেবা য়াবমথৈ কেরগা মমথরকপত্তুদা খুন্দোল ওইরপ লৈবা চচতা চেম্বোই চংপোক্ত চংখি। ঙাইরম্বা পাখঙমচা অনিগা নোকখেনা ঙাথ থেংথনা চংমিন্নখি। হায়রৈ মীতৈগী য়াওসংঙুম বরদিন মতমদা পাখঙ লৈসা খঙনবা মুংসিনবা হেল্লি। কুমিং থরগী তুংদা লুহোংবা চেম্না মসিঙ হেনগংলি।

কৈথেল মমাঙগী তুরেল মচান্থু লাল্লগা লৈরিবা খুলসি অনৌবনি, হোংলকপা চহি কাল্লি। অসোম মমাঙগী চিঙ মাংমদৈ ঙাক্তনি।

বরদিন

জাং অনি অহুম মুই। মীতৈলোলনা ময়ামচ্চু হুৎকাও কাওনৈ। ময়ামগী লাইসোন্দগী মখোয় থুলগী লাই খুসোলসি লাই অমা হেক য়াওই। হুমিং তরানি হেল্লক্লে খ্‌সতমাস হোলদা মাইক পান্দুনা হৈসে সক্লিবা, জগোই সারিবা, ড্রামা ফেনসিড্রেস তৌরক্লিবা। তমদা মচেৎ মচেৎ খায়রগা কুম চুপ্পা থানগদবা উ মপুম অচৌবা অনি মৈ থাতুনা থম্মী। অহিং চুপপা মমায় নাম্বত্তা ইরোই মউল তিংবা পুংজাওদুনা ধোং ধোং হিন্দুনা লাইসোল হৈসে সকই। খুলসিগী মীসি অকোয়বগী অরিবা খুল অনি অহুমসিগা লোন্দিন্নদে, চঙনদে।

খুলসিগী লাওলিবা ময়ামসি পাখঙ লৈসা ওক্লনি। চহি তরানিথোই হুমদোইদগী তরানিপাল মাপলগী ওাক্লনি। চহিদবু তরানিথোই হায়বনি লৈসাবী দবলনি। তরামওাগী মথক্তি য়াম্বু য়ামদে, মচা অনি অহুম ফংবকাওবা য়াওনখে। চাবা ৱাত্তনবা উ মঙ্গা, পান, মাইরেল কেং অমা, ফৌ কোং মচা অমা, সিঙ্গে অচৌবা অমা নোংখাং চাই-বমখৈ পৈদুনা, ওক য়েন সন খর লোইরগা মচা পংপোক্লা পোক্লুনা চুংওাইনা হিবা কাওবুনি। অওাওসিঙ নুরা ইথাং থাং, ইচেৎ চেৎখায়রদনা, মসম চপয়ুংবয়াও, চুজাক মসম মাম্বও, পুমৱ ও ৱাংনা মফি ইথোক থোক, মকোক মরু ইপাৎ পাৎ মনপও মতিলও সান্নদুনা পংলে হৈ। লাইরিক লাইস্নুগী কম্বা থোসানদে। অকোইবগী মীসিঙনা মখোয়বু হম্বনা লৌই। তদুবু নরুক্লদবনা চাংখৎপা য়েম্নবগী ফিবমদি লৈনদ্রে।

থৌরম মথং মথং পাংথোকখি। ৱাহং পাওখুম মতাঙনি। মুপী ওাক্লগীনি, নুংওাইবা পাম্বসি মুপীনা খর হেনবত্তম তৌই। পাওখুমলিবা মুপী অনিচু মীতৈলোল সেঙই, ইম্ফালদে লাকপা নত্রগা ইম্ফালগা নক্লবা মাল্লি। লৈসাবীসিঙনা ৱাহং হংই, অনিচুনা পাওখুম পী। ময়াম য়া য়া নোকই। মীতৈলোন্দা ওাঙবদি চিন থীনরবস্তু

ইকায়নদে হায়; মরোল নত্তবনিনা'। মীতৈনা ইংলিশতা চিনু থীবদা ইকায়বা হম্ববতুগুম্বনি। কনাগুম্বগী ইমুংদা য়ুম্বানম্বিবা মুপা মুপী অনিমক্কা পম্বদফাওবা হাঙ্গাইনবা ৱাইহৈম্বু ময়াওই। মাইকত্না থাপ্পা মাইল অনি অছম চিঙথক্কগী খোনজেলই সন্দোকখি। মুপী মচা অমনা হায়রকই, 'মুপা তাতনপা মাইক লৌথোকসে'। অমনা খুম্মকই, 'তাবোই মুপা লোইনা মনা পঙপনে। ঐখোয় পেননা ডাঙনসে কো, য়ে মখোয়মু নুংঙাইকনিতা কো'। ময়াম বা বা নোকই, 'তাসনো তাসনো'।

ৱাহং পাওখুম অতে থৌরম কয়া মখা সাংথখি, নোকখি খেখি। অতোপ্পা খুলগী মীসিঙনা হেনমল্লি হায়তুনা সাওনখি। অতুবু কনাগীসু অততাই নত্তে। কুমহৈদি হান্নগুম চৎখি।

নুমিৎ কয়ানি লাঙলকখি। গ্রামার লেঙদনা খোম্মোক অসেম্বা ইংলিসকি এনাওন্স কয়াসু তৌখি। লিলা মচা কয়া সান্নখি। অতোপ্পনা তাবা শুম্মখিদে। মখোয়দি হয়াওখি লোবখি। মচাসিংগী মথৎ ছুক্তবা থৌদোসিঙতুদা মমা মপা কয়াসু থরায় তাজনা নোকখি।

মম্মি মম্মিরকপতুদা, ময়ুমদা লৈকাইদা লৈবা য়াদতুনা, চিঙদা চেল্লগা লৈবী পোৎসম ফম্বী মীয়াই চন্নবী মোইম্বুবী অনিংগা মেদিকেলগী হেদ ক্লার্ক ইনুবতুগা পুন্সি ৱারি মুখনখি। চহি কুন কুপথাগী লেঙাতুমঙাই। মিংমুপ নাইরবা মমিং উইসিল্লপ কা ডাকসঙ ডাঙনা চারগা ইনুবতুদা হায়খি, 'ওসিদি অহল লাক্লগে, মতিক য়েংগে'। ইনুবতুনা মুপীতুগী মসম চিংলগ হায়খি, 'এ ইমুবীদি ওকচরে'। ইনুবা ইনুবীসিঙতু ইরাং থাংখি।

থানাগী মুপী মীতৈ মো নহা ভারাদা লৈবী মথজায় ডাক্তক মাইহিং কারণ, কম্বগা চাবগা তুম্বনা মথৌ ওইবী, থিক থা ফবীতুনা খুদৈ মচা অমা ইম্বোই ইন্দবোই ওক্তা য়েংলগা, হাওমচা পাখঙ হাইরি হাইরি লাকপতুদা লকখি, 'মুংঙাইরকপমাক্লেকো'। লম্বীদা চংলিবা মীতৈ মুপা অনিমু তাদনবা খোনজেল সিক্লপা লাওই, লৈসাবীগা কোয়র বরা

বরম্বিল

হায়মি, কদায়দৈনো মৌগা মঙাক্তি সক্তা নঙনবু' । মুপা মচাদুনা করিনো থুম্মি, '.....................চেং চেং লাওবী লৈসাবীনিদা' । হাইরং হায়রং চৎথি । খুইত অনিক্ মৌ নহাদগী সাবান্দুদা মঙালদা হায়ফেং য়েংলম্মি ।

নুমিৎ থেংজিল্লক্রে । লাঙলম্বা খেরম্বা লেপখ্রে । মপু মাবু নিংজবরোমদা পুরিং ঙমলিম্লখ্রে । লুচিংবা অঙমম মওমা লাইদোঙ হৈসে সকজিং চিক্লবা, য়েংলক্ত অহিংদা ঙাল্লমি, মথক্লোমগী মঙালনা মমা মচাগী থমোয় তুত্তলিংঙকা হৈসে সক্লি, হক্লে লুজাহ নিংথৌদা.........চিক্লবা সেংলবা অহিংদা ঙাল্লরে, মরুংসি হেবা তুম্বরগী থোজাল মঙাল ঙাল্লরে, জেস্থুবু পোক্লকপা ঙাসি অহিং ওইরে' ।

তুংখ্রবা উন পুবা মাকচিঙগী অহিংদগা নহালমাক্ত হুন্দাকদা লাইরিক তত্রবী মেদোনগা কোহিমাদা লাইরিক তমলবা মাইকেল জেকমনগা অমিদি চ'চকি নাকলগী চিঙচেপ্তা হাইখিবা মোংসোং মচাকগী মকমগী লৈতেম মাম্বরপা থেল মচাওদা উন পুবা মনুংশিং, উন তারবা নাপিচু কাদনা কুইরে মারি চিকথনরিবা । চ'চতা লাইসোন হৈসেম সক্লি থন্নোম তিংমা মপু 'মাগী মঙনম সৈনাহনা, 'জয় লাওবীরু, লৈবাকমচাসা, প্রভু সেংবিরক্রে । ইসিং কংকাল, নুঙ, চিঙ তেমথাক্ত জয় বাংলা লাওথংলো জয় বাংলা বাংলা লাওথংলো..........লেপ্পাগী মিং জয়দম্বা লাও ;'

—— ——

# মোমোনগী ফাইল

'স্যার...অহোই,......মোমোনগীতুরা......পুজরক্লগে, ......ফর্নি, হৌজিকসুক লাকচগে'। সেকসন ওফিসার মতুক তবি তম্বি কংলদনা, নাপু মচুগী অথাবা মথুম পাথা, তোইনা পায়বদৈ খুনাং মকম লৈরবা থাজক তৌবা ফাইলদু রেপপোক্ত কোনবোইই তৌদুনা সেকেত্তরিগী কাদা চঙলকই।

হিয়র দাই সঙদুনা পোক্তু খঙহন্নবা, খুইথরবা মাইথোং অমদি চহি মতাং নত্তনা নহা সাদুনা, মথাদা লৈবী মম্নিং ঙাওবী, মচিল য়াংবী মৌ নহা ক্লাক'সিঙগা নাকচেপ্তা তন্নাং বাচোইদা হরাওজবা সেকেত্তরিনা আনোক্তুদা খুদোম্বীনা খজিক্কুং ইনখংলগা হায়রকই, 'এসও সাহেব, মসি ওফিসারসি মতুক কল্লি থর ল'ক্লসি, এদহোক্তা চঙলকপা চহি অহুমকাও সুত্রি, রিঙলারদি লাইরবদনা। মফম মরাং খঙদবা মর্রি অমনা স্পোনসর পীথোক্লম্নে হুয়ান্দুনা। পব্লিক্ষা থাবফ্রাও সুতি অমুক্তা লৌদে। ফোন্দা চংলগেদমক দিসত্রিক্ত ওফিসারদা পাও পীখ্র লোইরে। মা মঙাইরে মম্নিনা য়াবা হায়দুনা দিপা'তমেন্তকি দিরেক্তর কাওবা খংনথোকই হায়। নো ওবজেক্সন পীত্রগা লোইরে, চংপা য়াত্রা য়েংসি। সেকেত্তরিয়েত্তা ঐখোয় লৈরি কাওমাল্লে, মাগী পা'সনেল ফাইল ঐখোয়না মেনত্তেন তৌই খঙদ্রমাল্লে। ঐখোয় সেকেত্রিয়েতকী কাংবুম্বু হেনমল্লেদা, পব্বারসি মম্নিনা লোইনা পায়সিনখে। হায়দি প্রোসেস মথাদৈ তৌরম্বনি, হৌজিক্তি কানখে। মথক্তগি সো এন্দ সো ত্রানসফর প্রমোসন ছুমিজিয়েত, ঐখোয়না স্তামপ পেদ তাদুনা লৈরে।'

'ফাইলসি থমজরম্মো ।'

'য়ারে পুন্বিথ্রো সাহেব, কনাগুম্না হুংলক্লবদি থঙদে হায়বিরু ।' এসও থোকথ্রে । সেক্রেতরিনা থলহৌই, 'হন্দক্তি লাক্লগে, ঐখোয় থুঙ্গা তারেদনা ।'

লনচ অউর মতুংদা মোমোন সেক্রেতরিগী কাদা চঙলকই । মোমোন মসা মউ ফৈ, মথিক নেম্লপ থিক থা ফৈ । লবাই তাংলপ য়াম্না মিংসিঙ নাসিঙবা মীতিক মীরো থঙবদৌনা উই ।

'তামো ঐগীদুবো .....'

'নো ওবজেক্সনগীদুরা, ইবুংঙো য়ারোইনেহ, চহি স্নুদে । করি রূলদা থাদৌরিনো, চহি মঙা য়ামদ্রবদা রিগুলাব তাগদবনি, এদহোক্ত-ফাওবা চহি অহুম ফাদ্রি ।'

'য়ারগদি অমুক্তা, ঐ তামোগী চা ন-বা' মোমোন তেথরকই ।

'ইবুংঙো উপায় লৈতে, রূলনা য়াদবননি' ।

মোমোন ফনি হায়রম্লগা থোকখি । সেক্রেতরিনা ঙমলে মতাগুম নোকফেং তৌহৌই, (চৌকিদা মকোক ঙাথরগা, তেবিলদা মখোঙ থাঙ্গৎলগা ) ।

পুং মরি হেল্লমলে, মুমদা হম্লমা গোদ্রেজন্থ সো লোনসিল্লি । ওফিস লোইগদবদি পুং মঙাদনি । থেঙনা লাক্লগা ঙমা হম্লবি ঙাক্লনি । চংলগে হায়দুনা থোঙজিল মপাল য়ৌফাত্তি্রৈঙদা ফোন থিংলকই । সেক্রেতরি ফোন্দু পায়না পায়না মাইথোং থঙমক মকসিনখি, নোংনা নুংসা থংথন থনজিনখিবদু মঙাই । খুমখি, 'ফনি লাকচরগে' । এসওদা ফোন তৌই, মাদি হায়না হনখিরমলে । দিওলদু থাখি, গারি ঙাইবরকা য়েংলুচো হায়দুনা । সেক্রেতরি লৈতাদে, হনগং হন্দা চত্তুনা লৈ ।

ঙৈহাক লৈরগা এসওহু লাকই । দলাল মখোল অহুমত্থ কাথংলক্লপগী হমাং মরিক মরিক মমায়দা পকই । তথি তবিবা মবুক্তু নিংসা থরনা থক থা চিংই ।

মথ্‌া তঙ্ক পুম্না । অন্দরনা লুপা চামা চংপী অনিচু ফৈরিংখাও মঙুংদা পায়রগা সঙ সঙবা উরকই, নংগ্ৰলগী মমায় পাকপী ডায়রেখাতু । খরকই, 'ঙসিদি রৌ চরা অহাওবা অমা চাবা তারেদনা '।

থা অমগী তুংদা মোমোন মথা তমথরগী চে লাক্রে । অনৌবা স্পে নরসিপ অমগা রিলিজ ওরদর অমগা চওগনি হায়রকই । সেক্রেতরিময়াং অমনা সিল্লয়ে । আইএএস ওফিসারনি ফনা সেংনা অচুম্বা তৌজগে খল্লুনা লাকপনি । অদুবু কুইদে লমদমসিগী হাবি জাবি খণ্ডলকই, মানচুম হেনজিল্লকই । মীতৈলোনসু ফনা যাম্না হৈরম্মে । মোমোন্দা য়েংলগা মচিন পৈরপ নোকফং তৌরগা হায়রকই, 'ঙা চে নবা পৈসা খোয়া পীবো তারেদো হা '। মোমোম্না কুনচপ্পী অহুম ফাইল মথ গা ইনসিল্লি ।

'কম ওইরে, হনদ্রেতথি সুইল্লো'

'সার য়াওদ্রে' কুনচংপী অমগা হাপচিল্লি ।

'থিক হে, নিদ তু তেক কনফারমেসন ফ্রোম মিনিসতর, আপ মন্ত্রিকে পাস চলিয়ে' ফাইলতু খোংনা খোংনা ডাঙই ।

'প্রোব্লেম নহিং, মন্ত্রি হমারা আদমি হৈ' ।

পিওন থাদুনা এসওদা থাদে, এসওদে অন্দরদা মিংকুপ ফাহৌদে । মমৈদা সেক্রেতরিদা অমুক লাকই, করিনো খরগা ইসিল্লি ।

'ইত ইজ এগেনসত দি রুল তু তেক এলোং ফাইলস, কো কনফিদিসিয়লনি, থনা পুখিরো' ।

'সার রিথিন হালফ এন অউর' মোমোন ফাইলতু পুরগা ফিংনা থোকখি । মিনিত কুন ফাবাক্তে, মন্ত্রিগী এপ্রুভেল পুরকই । সেক্রেতরিনা এসওদা ফাইলতু থাদখি খুদক্তা রিলিজ ওরদর থোক্লবা ।

ঙসাইমথৈ উইরম্বী নোয়বনা লেংঙম সাঙমদবী হাইবার, নেক্লেস, খুজিনা য়োম্বী, নৌনা চঙলকপী তাইপিসতদুনা মা মাদুনা ওরদর চেদু নম্মী । খবক্লবু তাইপিসত ওইজবনি, তাইপ মেচিন্দু মমাপোক্কি

পায়জরক্লে। থবক্লং ফংহৌরদি হৌরক্লবা ইকাই হক্লেই, হাংবনথৈ, ইঞ্জং নাচুংদনা চঙলকপনি। সক ফজবা থৌবাদ তরাইথেক্লে, নুপী নহান। কেথবদ, চওবা ওফিসাব লৈতে। হৈতে খোত্তে চৈসিল্লক্লবা মস্তি লৈরি ৱাবিদে। সেমদোক সেমজিন মুংথোক মুংসিন তৌদুনা উচিন নাহিন ওরদর চেকু নম্বা লোইরে পু থাই ফানিচিক্তা।

এসওদা চেক্কু পীস্নিনবা মতম চায়না মেমোন চঙলকই। পুংফম খঙবৈ হায়রবদি পুং ইসৈদস্তু অদুম মমিং চংলক্লা য়াবনি। 'তামো সিগর অমতা' ফোরেনগী মেলবোর্ন গ্যাস লাইতবদু সং থেংলি। চুরুত উপু কায়দবা অমস্তু পীসিল্লি। মোমোনস্তু চুরুত মচৈ অমা চিংই। 'তামো, কোকি.. .. ..অঙাঙ সিওবু' মোমোন য়াঙখৈচংপী অহম্বা অমা তেবিলদা থম্মি। এসওনা হায়কেং য়াঙখৈচংপীদুদা য়েংলগা তপ্পা নেল্লি, 'অঙাঙসিওবু লৈতেনে'। মোমোন্না সং তাসিল্লি, 'তামো ফাইলদু ঐ পায়জখ্রগে, অন্দব অমুক্লা উম্বজহৌগে, তামোখোয় থকপীহৌবো'। এসওনা ফাইল পীসিল্লি।

মোমোন চঙলকপদা অন্দরুদ থোসাদবপ য়েংখংলকই। চুরুত মচৈ অমা লানসিল্লগ সং লাইতবদু খেংলি। পেকেত অহম্বা অমস্তু পী। 'তামো রারৌবিবদা', চাম্মা চংপী অহম্বা অনি সং লানসিল্লি। 'লাম্না লৌবিস্কু, করিনে চাবু' সিঙসনবা নী ফাবা হৈথবা মোমোন্নি। অন্দব মচানিপা নম্বব ফোব চাবা অমা মপাল্লা চাইহিরিক তকগী পৈনাগী নিঙাইদু মতেং ওইরনি থল্লি। সোইসং তৌথোকই। 'তামো অঙাবা ফুল অমা গারিদা য়াওহৌই' মোমোন থুনা থেকখি। থুনা অমুক হল্লকই। অন্দরনা হায়বকই, 'মচা অমমমতং কং তৌসিদনা।' 'তামো ওফিসতা ক্যায়গোইদ্রা' মোমোন্না হান্না খঙলগা তৌসিন্নরা হংলকই। 'কায়দে, কংনা হেক্তা হোন্নরসিনে, হৈ আনি মপাদৈ পোনা থাও, নঙ লেঙদনা লৈবু, সাহেব লৈতে হায়মুখে'। দররাজদগী গিলাস অহাংবা অনি পুথোক্লকই।

মোমোন মপান্দা মথা তমথবা চৎখে। থা অহুম সুরফাওবা তলবত্তি হেক্তা যাদ্রে। ফাইনান্স সেক্রেতরিনা যেত্থুনা লৈরে চহি সুদে হায়রুনা। অন্দরনদি পৈসা খর হেক্তা নমসিল্ল হায়রবনি। অদুবু মোমোনগী মপানা পৈসাদংদি পাঁরোই হায়না মুকপদে যাদ্রে। মাদু হাম্না অন্দরসেক্রেতরি ওইনা পেনস্নিন চৎপনি।

মানথভদা কেন্দ্রগী মন্ত্রি উন্নবা চৎলে। ভোত্তা পৈসা অমদি মা ফনা য়াম্না পাংখিবনি, মাবু বেভহার তৌই। মন্ত্রিনা হায়রকই, ‘তদা ফাইনান্সতি সেক্টরদা চংখিল্ল, স্পিকর কোত কাদবৈ থন্নবা, সুপ্রিম কোর্তনা সেক্তরদা সিন্নে হায়। হেক ফাবদা সরকার কায়বা যাদি। আইন অমদি লেজিসলেচরগী মহা লান্নি। হল্লকপগা ঐ সোয়দনা পৌইনজগে।’

অহল্লহুনা থাইনা মসুসিঙ অঙ্ক হোৎপদসু কান্ননি হায়রুনা লৌসিন-হৌবা নোতসিত ঊৈমমত্তু অমা পুরকপনি। ‘ইবুংঙো মন্ত্রি সাহেবনা য়ানবা হায়রুনা অমা ইবিরা। সেক্রেতরিনা য়াদে হায়বা চেনাদু লৌথোকখ্রগে। সেক্রেতরি কান্নসি, অন্দরদু ঐ তাইনজরগে। তৌবদবু অমসু অমসু সোক্লদনবা নোতসিত অমদা ফাইনান্স মিনিসতরদগী অয়াবা অমা কোম্না লৌবিরো। ইবুংঙোগসু ইসা অমত্তনি তাজে।’

উকিল অমা তাম্নহনা আইন পান্দুনা হাম্না চহি সুদনা মথা তমখিবা তসব লেপ্তুনা যংবা ময়ামগী মমিং হাপ্লগা এপ্লিকেসন ফাইনান্স অমদি দিপার্তমেন্তকি মন্ত্রিদা ইবহু পুথোক্লগা মন্ত্রিদা ফোরবারদ তৌহল্লি।

সেক্রেতরিনা পাও হাম্নদা থঙহল্রে, এসও অন্দরদা য়ারোহ হায়হুনা থি জিল্লম্নে। মন্ত্রিনা ফোরবারদ তৌবা এপ্লিকেসন্দু অমুক্রং পাবিনবা অনিয়ক চঙবনি, অদুবু য়ারোই হায়হুনা থবং কপথংখিবদরা মথা তবা ঙমদনা থোক্লক্লে। হাম্না লৌ তৌনখিবহুই মহৈনি। মীতৈ মচানা চাওবসি ভাঙনবা বাই, ময়াংনা নাপু তানা হায়ন-তানবা য়াই।

মোমোনগী ফাইল

ময়াংগী দি খর পীসিনখ্রগা পুমপেল পেল্লি, মীতৈগীদি অদু সুত্রি য়াম্মিগা য়ামদেগা। মতৈংথংদা সেক্রেতরিগী মফমদা চংপা ত্যারে। মফি এমএলএগী-দুমক য়ৌদ্রবস্তু মী অহুম অমা মরি অমদি তিল্লম্মি। মোমোনগী মপা মীরক নাল্লক য়েংলগা চামা চংপী মঙাখক্তুং সং লানসিল্লি, 'সাহেবকি করিনো হানবা,.........ননাইগী অঙাঙ মোমোনগী স্তদি মন্নুংগী..... ।'

'হোরেল থেঙলগা ওফিসতা লাকপিরো'

মোমোনগী মপা নোকফেং তৌনা নোল্লকই। থম্মোইদা হায়ফেং থোইসাওনরবস্তু য়ারকপগী মুংঙাইবা ফাওই। মতোমদা থল্লকই, 'অমহানি, এস্তু অস্তুম তৌরন্বনি। মদুদা তালহৌবা, সেলনা মুপী অনিগী ইচা মাপল তরাসি লাইরিক তমজহৌরিবনি, য়ুম সাজহৌরিনি।'

মুংথিলদা ওফিসতা চংলি। ফাইলদু ঙস্তানা এসওদা থাদরম্লে। ফজনা ইবিরম্মি, 'অফতর থোরোলি দিসকসিং রিথ দি কনসন্দ মিনিস্তর, দি এপ্লিকেসন ফোরবারদেদ বাই হোনরেবল মিনিস্তর সি্র সনাজাও... ।' ফাইনান্স মিনিস্তরদি দিল্লিদৈ য়ৌরক্লে। অদুবু কায়দে মাগী মমাকনিপানি। এসওনা ফাগি তৌরকই, 'তামো থুংকাম্লিসে মমল য়াম্বনিকো'।

চহি অনিগী তুংদা তপ্পা লোইরদুনা মোমোন থোরক্লে। মোমোন মরু লুকপা হৈরে অনৌবা পাসনেলিতি অমা মপান্দা চংলুবদৈ ফংলক্লে। সেক্রেতরিয়েততা তোয়না লাকই। এসও অন্দর উম্মদুনা চুরুত চা থকমিল্ল, স্তাফ অাতেগী চা লৈরৈ। নোংমা এসওগা ফাইলস্তু য়েংমিন্নৈ। ফিবম কায়রবা থোরি থোরাং য়াম্না য়াওবা, নিয়ম লাম্বা কয়া য়াওবদু সেমদোক্লসি লেপ্চনৈ। মখঙগী সনদেদা পার্তি অমা মোমোনগী য়ুমদা লেপ্লে। মদুদা ফাইলস্তু সেমদোক্লবসি হায়নৈ।

সনদেদা এসও অন্দর গারি থাদুনা কৌইল্লুরে। ক্লাস অমগা লোইননা ফমকমদু নিংথিজনা সিল্লম্মি। মোমোনগী মনাও অতোপ্পদু কোয়চেল

চেংদুনা সিল্লি। য়েন মফৈ অহাওবা, যোং যোং সাবত্তু পুথোক্লে। ইসাগী লৈবাক্তা সাজবা ফোরেন নিকর অহাংবত্তু ফুল অমা পুথোক্লকই। লাইসেন্স কক্তুনা, য়োনবা থিংখ্রবত্তু মমলা থর হেল্লক্ত্তু শিফাইগী কান্তিন্দা মরাং কাইনা কংই। চাবা থকপা কৌরে। মরবসিদা যাইলদু পুথোক্লে মোমোনগী ইবেম্মত্নুনা। মতৈ মকু মমাঙদা নোংমতা মকোক খুমদবী তু ঙসিদি ফি মতেক অরাংবা অমগা মকেক হায়দুনা খুম্লনা য়াল্লা চিক লোম্মি।

হয়ো মাইগা য়াদেগা, অমুক থাগং অমুক থাদ, হদোক হনজিন মথোক ইসিন, ককথোক ককসিন ময়াম, মন্ত্রিগী খোরি খোংপা, চহি সুইগা হদেগা, উকিল ত ন্নবা এপ্লিকেসন ময়ামত্তু লৌথোক্লে। অনৌবা নোর্মসত সিন্দোক্লগা মন্ত্রীগী সেবেন্তবিগী সোষ্ট সাবগা মুক থর হাজিল-হল ইসিংনা খব চাহুথোকহল, অনৌবা থর অরিবা থর য়ানসিন্নত্নুনা মওং চাবা ফাংল অমা সেল্লে। তুংদা এসিআর, প্রোমোসন অমদি অতে কেরিয়রদা কায়দনবনি।

তুমিত্তু য়েন মফৈ চিক্তুনা নিসানা থম্না লাইপুংনা, ওক্ত ফিলম ভিদিও কাপ্তুনা থেংলফাওবা লৈনখি। মোমোনগী ইবেম্মনা য়েন অহাওবা অথোঙবা, চাক এনসাং মথেল লুকোই পুসিন্লকখি, পর্দা মকমদগী মোমোনবু কৌথোক্লগ। অহল অনিদুনা নাকপেপ্তো ইরাং কানা য়েংখি সকহেনবীত্তুগী সাবান্দা, ফিলম অমদি য়ুর্গা নিসাগা লোইননা।

মথঙগী তুমিত্তগীদি মোমোনগী ফাইল, ওফিসকি ফাইল লিসিং লিসিংগী মরক্তা তিনখি। মাগুন্না মান্নবা ফাইল ময়াম মরক্তা মাসু মাঙখি। মসক থঙবা কনানা অথন্ননা থিদ্রবদি মীগী সমুদ্রদা মী অমবু থিবা লুবগুম, মসক থঙবা কনানা নত্রগা থঙদবা কনানা অথন্ননা থিদ্রবদি যাইল ময় মতুগী মরক্তা মাসু অমহাগী অমহানি।

---

মোমোনগী ফাইল

# চান্দনি

নুমিত্তু তাং কয়ানো ঐ কাওবু কাওরে দাইরিদদি ইসিনখিবনি। এআইআইএমএসতা লৈরিঙৈদনি। ১৯৯১গী নবেম্বর নোইরমদাইদনি। সেনিয়র রেসিদেন্ত স্লুতি লৌখিবদে ঐনা মাগী মহুত্তা থুতি তৌরম্মি। ইমরজেনসি ঐনা য়েংবা তাবম্মি। পুং তরামুক্কি অতুবাইদনি, হোস্তেলদা চৎপা ফরক তাদুনা কেফেতরিয়াদা দিন্নর লৌগে তৌরিঙৈদা নাকন্দা য়াল্লিবা পেজিং সিসতেমদা কেজুয়েলতিদা কৌরকখিবতু। ঐ থুনা লাক্লে, বাদতা জুনিয়র রেসিদেন্ততা হায়ফেৎ যোন তৌরগা তারম্মি, অনাবা অমা থারকপা য়াই হায়তুনা।

কেজুয়েলতিনি। অঙাঙগী কেবিন্দুদা চঙসিন্নদা উরকই, অমোৎপা ফি অমনা য়োম্নতুনা লৈথোম উফুল নাপি মুংজে, মুংকুপ ইনপ নপসিন্না অপিকপা পোকপা কুইড্রিবা অঙাংতু তুমদাক লৈ। কেজুয়েলতিদা নর্স-সিঙনা হুদ উপ্তুনা ওকসিজেন পীবা হৌরম্লে। নাকন্দা হিতর থারম্লি অঙাংতু সাগৎহন্নবা। নর্সনা এনেল তেমপরেচর থারতিফাইব দিগ্রি সেলসিয়সনি হায়রকই। সাথীবা হাইপোথরমিয়ানি হায়বদি মৈসা হন্থরে। হাইপোকসিয়া (ইদা য়াওবা ওকসিজেনগী চাং হন্থবা), হাইপোগ্লাইসেমিয়া (ইদা য়াওবা চিনিগী চাং হন্থবা) অমদি এসিদোসিস (ইগী অসিনবা হেনগৎপা), লোইননা দিহাইড্রেসন (মহি মনাই চাং বাৎপা) তৌবননি।

ঐ ইনতেনসিব কেয়র য়ুনিতকি সিসতর ওন দ্যুতিদা ফোন তৌখ্রে, দাক্তরদা পাও পীখ্রে, বাদকি ফমুং সেম সানবা, হিতর ওন তৌতুনা থম্নবা ভেন্তিলেতর (স্বয় হোলহন্নবা) মেচিন অমদি লাইফ সেভিং দ্রগস

লোইননা খুংসু খুংলাই থোরাং তৌনবা। মথক্কী ব্রার্দকি দাক্তর লাকপা ঙাইদ্রে। ইসানা বেদ কেভরতুন ইংহনদনবা য়োমশিল্লগা অঙাঙদু ইস্তেনসিব বেয়ব য়ুনিত তম্না লাক্লে।

নর্সনা লুপ্ত, দুম্ব, সাবা ইসি না চামথোকপিবে নপথোকপিরে। ককচেনা পুমওম ওমদুনা চিল্লম্বগী অমুবা অঙাংবো দাগ ময়াম্না তবুপ তুপ্লা তঙৌ তঙৌবা অঙাঙদুগী মসা সিম্বা থুংনা লৈরম্মি। ব্রারমবদুগী মথাদা থম্বীবে। চিনিগী চা হনথরম্বদু যনবা তেন পারসেন্ত গ্লুকোজ কাপ্লে। থোপতি চিনিদমক চিনজাক ওইনা সিজিন্নবনা গ্লুকোজ থুনা পীগৌদবা য়াদবনি। ব্রার্দকি সাইদ লেবোবেত্তরিদা ইগী এসিদোসিস য়েংলগা সোদাবাইকার্ব ইনজেক্সন কাপ্লে। মদুনা হার্ত অমস্তুং থোপকি মপাঙ্গল কনখংহনগনি, লোইননা স্বব হোনবগী চাং নাইরক্কনি।

অঙাঙ মচাতু অরবিন্দো মার্গকা নক্লনা গ্রিন পার্ক ময়াদা অপিকপা লৈবক অমদা, ফুময়াদগী থাপ্লপ মোংসোং মচাতুগী মরুমদা নাপি মবক্লা পোকপা কুইন্ত্রিঙ্গ ছুংদাক্রম্বনি। ক্বাদতব নম্বর থাবতিসিকসকি মো নহাতুনা বেথেলদৈ হল্লকপদা ফুমগী হুই জেকিনা চেনসিনখিতুনা অঙকপা খুদম অমা তৌরকপদে চঙসিন্দুনা য়েংলুবনি। খুদক্তা পুলিস স্তেসনদা পাও পীরগা হোসপিতালদা পুরকখিবনি। মিনিত মঙা তরা থেঙথরম্লবা ইংমন্দুনা অঙাঙতু সোয়দনা সিরমগনি। হুই অতৈনা থেংনরম্লবদি চাথোকখিরম্বস্তু য়াই।

পুংমুক্কী তুংদা অঙাঙতু মসাগী তেমপবেচর মেনতেন তৌবা ঙম্লক্লে। স্বব চাং নাইনা হোল্লক্লে। ওকসিজেন লৌথোক্লে। খুদোম্বীদু মতোমতা চুকুপ চুকুপ চুপলকই। হিদাক কাপপে মরি মরাং লৌথোক্লে। মমিং তকু তকু পালক্লে, য়াম্না সিংনা কোইয়েং য়েংক্লকপগুম তৌরকই। ফ্রিজদগী সঙ্গোমদু সাহল্লগা কেরল্লাগী লৈসাবীমচা নর্স এনামানা ফি অমা মতম্পাল্লা থারগা বতল ফিদিং হৌই। অঙাঙদু হাওনা থকই। এনামা

অঙাঙদুদা মুংসিনা য়েংই। অঙাংঙ বরম হায়না সেবা তৌগনি খঙলবা হৈরবা নর্সপু লৈসাবীমচা ওইজরবসু মমাগী মথাদা মবুক পেন্না খোম্লাং নিংচুপনা পোশাকজবা ফংজদবদু কয়াদা মুংঙাইনা মমাগুম লোইনরিবা অঙাঙদুনা মুপীমচাদুগা। ঙসাইমথৈ লেবোরেতরিদা চংলুবা ঐগা তামিন্নবা জুনিয়র দাক্তর নিরকুমার হল্লক্লে। মাস্তু সাউথ ইন্দিয়ান্নি। নিরকুমার এনামাবু লক্কুবকই, 'হাই এনামা, নচারা'। এনামানা রাসি লৈবা মমিত্তু নোক্লকই। সাউথকি মুপীসিংসি মমিং রাসি য়াম্না লৈ, পা সাংলপ থেকুংলপ লাওরপপা মমিত্তু ফনা নিংথিজে। এনামানা নোক্লগা হায়রকই, 'মানে পোকপা কুইদ্রি'। দাক্তর নিরনা হায়রকই, 'বতল ফিদিং ফওে, ব্রেসত ফিদিং ইজ দি বেসত'। এনামানা ঐঙোন্দা মমায় ঙাঙলপ তৌনা হায়ফেং য়েংখংলমদগা নিরদা হায়খি, বেথজবা নৌজবা খোম্থোক ইরোইননা, 'চংলোহে ইকাইজরা'। তৌববুদি মখোয়নি স্তেত অমতদগীনি; অদুগা মখোয়নিনা হায়নবা রাহে ঙম্বা পাথঙ লৈসাবী খঙনবগী মওংদা অয়ান্বনি। মখোয়নিসি অয়াম্বা মতমদা চংমিন্নবনি। ঐনা তপ্পা হায়, 'নখোয়নিগী নচানি, মমা মপা অনি রারি তৌহৌখো; নচাদু ফজনা সেন্নরম্মু, ঐ দিনর লোহৌখিগে কেফে ক্লোজ তৌড্রিঙৈদা, চরা হেল্লগা থবক মুবা ঙমলোই'। মখোয়নি ঐঙোন্দা য়েংলগা নোক্লকই।

পুং অমা তারমদাইদা হল্লক্লে। এনামা অঙাঙদুগী মনাক্তা লেপ্তুনা অঙাঙদুবু মুংসিনা য়েংদুনা লৈরম্মি। মখোঙ মখুৎ কাওদুনা নিংতম্না অঙাঙদুনা সান্নজরম্মি তবুপ তবুপ লৌস্রাক ঙৌনা। হেক পোকপগা অইংবদা নাপি মথক্তা নুংকুপ নুংজেং ককচেং মরক্তা ছন্দোকপিরম্বদে, অমোম্না মোমপাক অমদি লুম্বু লুম্বু সাবা ইয়র কন্দিসন অমদি রারমরদুগী মথাদা, ফংজখিদ্রবা মমগী মথাদে হেন্না মুংঙাইজরম্মসু য়াই। মমাগী খোমলাং খোমচুপনবা ফংজদ্রবী খোমলাং

চান্দনি

মহাও খঙজদ্রিবীদুনা লিল্লিগী অসেম্বা সঙ্গোমদু মমাগী খোঙ্গাংদে হেন্না হাওরম্বসু য়াই। মবুক থন্না থক্লগা সু সু নাখোক্তুনা তুমথখ্রে। এনামদা ইস্তেনসিব কেয়র য়ুনিতকি অনাবা অতৈদুগী ওরদরনচিংবা হায়রমলগা ঙৈহাক তুম্না ফংব্রা য়েংগে হায়দুনা থোল্লক্কে তৌবদা, ভসাইমথৈ ব্রাদতা অনাবা য়েংলুবা দাক্তর নিরকুমার হল্লকই। মা হেক হল্লকপগা মাগী ফরক্তু হৌররে, মী অতে য়াওরি খঙদবমথৈ। 'এনামা, হৈ তাইম তু স্লিপ, ঐ তুম্নু রগে, নঙ তুমখিরোইদ্রা'। ময়া ইথি খিগৎনা হায়রকপ-দুদা ঐনা চৈবোই নোল্লগা হায়, 'নির, তু মচ, ঐসু লৈরিকো, নঙগী ফাগিদে'। সোরি বোস হায়রম্লগা এনামাদা মিৎচি থৎচিল্লমলগা চৎখ্রে। দাক্তর নর্স ওইরবসু মুংসিনবা পাথঙ লৈসাবীনিনা ব্রাহৈ-সিঙদু কায়দে, অনাবা তাহন্দনা ঙৈহাক তৌবা ফাগিনি।

ব্রাদতগী লৈসাবী মচা নর্স অহুম মরিম্সু লাক্লে, সাউথ ইন্দিয়ান ভাক্তনি, নোর্থতগী অমা নত্তনা। মখোয় অঙাঙতগী মমিংগী মরৈ য়েংনৈ। অমনা হায় ব্লিস, অমনা পিচ কৌসি,অমনা গ্রেসি, অমনা মেলোদি। অতৈ মিং অমা অনিস্তু অদু কৌসি অদু কৌসি য়েংনৈ। এনামানা তুমিন্না লৈরম্বদে য়াম্না মপু ওইনা হায়রকই, 'চান্দনি'! ময়াম্না য়াই। মতমদু সিদেবীনা কুম্বা 'চান্দনি' ফিলম দিল্লিগী সিনেমা হোল অয়াম্বদা তৌরি। স্যুতিং অয়াম্বা দিল্লিদা তৌবনিনা হেন্না খোয়রাংনা য়েংনৈ। ঐনা তেবিলদা ফাইল য়েংনা য়েংনা হায়খি, 'এনামানা চান্দনি কৌরিসি খঙব্রা, ঙসি মাগী হেরোগা প্লাজা সিনেমাদা চান্দনি য়েংউবনি'। ময়ামদু খোনজেল ফাজিন্নগা নোকই, ব্রাদ মনুংনিনা। এনামা মমিত্তু থৎলপ নোক্লকই, ফ্লরতিং য়াম্না হৈবী নুপীমচানি। ফজবনা তৌথোক্লকপা ইফদ ফজে।

অঙাঙদু অমনা অমুক পম্মি, অমনা অমুক পম্মি। ব্রাদতা অনাবসু য়েংলুই, অমুক সিন্নরগা পমলে। মখোয় মরি মঙাদুনা ঙৈহাকক্কাও থানে।

মমৈমথংদা ঐনা হায়, 'অঙাঙত্তু পোথাহল্লো, নত্রবদি মপা তাক্লনি'। ঐঙোন্দা য়াম্না হৈরে, তৌবী ঙৌসে, ক ঙৌবী মী পিক্লপ তৌবী সিস্তর পুসপা (য়াম্না অঙাঙনি, সাউথ কাঙবুনা ঙৌবসিদি ঙাও চেনবমখৈ ফজে) ঐঙোন্দা নোবফেং লুরাক্লনা য়েংলগা হংলকই, 'মপা কনানো'। মৈনা মিংচিনা এনামারেমদা খংলগা হায়খি, 'এনামাদা হংউদনা'। নোর্থ ইন্দিয়ান নর্স পোনঃ মোং হাদবমখৈ তপনা হায়রকই, 'ও, দাক্তর নিরকুমারনি'। মখোয় মরি মঙা এনামাদা খংনগা, তপনা থিক থিক নোকই। এনামাসু হবাওহ, মখোয়না নোকপদা য়াওসিল্লি।

মথঙগী ওফিস অউরদা চিলড্রেন ৱার্দকি সোসিয়েল ৱারকর মিসেস হুকলাদা অঙাঙজু এদোপসন হায়বদি য়োকপা পাম্বা মচা লৈজদবা লুপা নুপীগী ইমুংদা ভেরিফাইদ তৌরগা পীনবা সিন্নখে। মখোন্দদি অসিগুম্বা মচা পোকচদবা ইমু মমুংগী অঙাঙ য়োকতগে হায়রুনা চে থাবকপা মীগী মিং পরেং লৈ।

মুমিং অনি অমগা চান্দনি ইন্তেনসিব কেয়র য়ুনিততা থম্মি। মসাদি কৈস্মু তৌদ্রবনি, জেনেরেল ৱার্দতা থম্বা য়াবনি। অদুবু সেম্নবিনিংঙাই মী লৈতবদে অমুম থম্নবনি। অতৈ লাইনা লৈব্রা অমদি অহৈচআইভি হায়বদি এইদসনচিংবা লৈব্রা য়েংনবা থাখিবা ইগী রিপোর্ততা অকায়বা অমত্তা লৈত্রে। হুংথিনচুম্বা চান্দনিবু য়েংবা নর্স ৱাত্তে, অতৈ ৱার্দতগী লাক্কুনা য়েংবা য়াওররে। তবুপ তবুম্বা তপৌ তত্তৌবা হুংসিবা মসক্তু মাম্না ৱাল্লিদুনা মাবু হেন্না হুংসিহল্লি।

হন্নিসুবগী নুমিংয়ুংবা মতুদা চহি হুন্দ মুক্ক সুপী অমগা মচানুপী লৈসাখী মচা অমগা লোকহ। চান্দনিগী ফুরিৎ ফিরেল অহম্বা লৈরগা পুরকই। সঙ্গোম অফাবা তিন, খোমচুপ লিল্লি, জিং জিং লাওবী, বোল অকাম্বী, অতৈ অতৈ সাম্নপোৎ কয়াসু পুরকই। সোসিয়েল ৱারকরনা ঐঙোন্দা হান্না পাও পীরব্রবনি। মমা মচাদুনা অঙাংহু

মুংসিনা য়েংলম্মি । অহলচুনা ঐঙোন্দা হায়রকই, 'ইচানুপী অহনলগীনি, মচা পোক্তে । ইবুংঙোম্ভু ইচানুপীস্তু নেপালদা পোক্তিং তাবনি, নেপালদা লৈখি । ঙসি অয়ুক তেলিফোন্দা ফেক্সতা ৱারি সান্নখে, । ঙসিগী দাইরে ক্রু ফ্লাইততা লাক্কনি, অতোপপদা পীথোকপীখ্রস্তু ।' ঐনা হায়, 'অকুপ্পা মরোল চে চাং সোসিয়েল ৱারকরগা উন্নখিরো' ।

মথঙগী অয়ুক্তা চান্দনিগী মমা মপা ওইগদৌরিবা অনিচু লাক্লম্মি । ইনাক কৈরাক খুম্না লাইরিক হৈবা অচৌ অসাঙনি অনিচু । নেপালদা ইন্দিয়াগী এম্বাসিদা থবক তৌবনি । অয়ুক্তা এনামাগীস্তু দ্যুতি তাই । মানা অঙাঙচুবু মুংসিনা নাল্লগা মপি ইরা চেল্লপ মমায়দি নোনখত্তনা হায়রকই, 'মমিং চান্দনি কৌরবনি, ঐখোয় ময়াম্না' । ঐনা নুপা অমদি নুপী অনিচুদা হায়, 'হেক পুরকপা নুমিত্তগী মানা সেন্নচুনতা লাক্লবনি' । হৌনবী চে চাং লোইনরগা চান্দনিবু পমচুনা পুখে । মমাচুনা অপিকপা অঙাঙচুগী মথুক্ত পায়বিরগা বা ৱাই তৌইল্লম্মি । এনামা মরু লুকথচুনা মপি খাঙচুনা লৈহৌই । নর্স নুপীমচাসিঙ চপ চপ লেপ্তুনা চান্দনিবু কায়নবৈ মুংঙাইতবা অমদি চান্দনিগী লৈতাফম অমা ফংখিবগী মুংঙাইবা য়ান্নবা লৈহৌই । মখোয়গী তরু তরুরবা মমিৎসিঙচু পিনা ইরা থলহৌই ।

ঐখোয় পুন্না ইথৌদা লুপনখিচুনা চান্দনিবু কাওখে, মরক মরক্তা এনামাগা দ্যুতি তামিন্নবদা মানা নিংসিংলকপা নত্তনা । থা অমমুক্তি তুংদা ইন্তেনসিব কেয়রদা সার্ভো কন্ট্রোল তৌবা হায়বদি মতোমত্তা মৈসাগী চাং সেমজবা বেদ, মচুদা অতে কারদিয়াক মোনিতর হায়বদি থম্মোয়গী মিহুল খোঙচৎ ওন্নবা অমদি তাকপা, রেসপিরেতোরি মোনিতর হায়বদি শ্বর হোম্বগী চাং ওন্নবা অমদি লেপ্পা খঙনবা, পলস ( মিহুল ) অমদি ব্লদ প্রেসর মোনিতর, সকসন মেচিন, দিফাই-ব্রিলেতর হায়বদি খুদোঙথিনা চাং কায়বা থম্মোয়গী খোঙচৎ অমদি

লেপ্লবা খম্মোয়বু মথৌ চাং নাইহন্নবা অমদি হৌহন্নবা মেচিন অমদি অতৈ অথৌ অকাইগী হিদাক লাংথক, লোইননা অতৈ অতোপ্পা খুংলাই থরক্নু লোইনবা, কুইনদগী তান্নবদা অর্থাগতিনা পীবিখিদ্রবা বেদতু থাংজিল্লকই। প্রোফেসর মেহরবানসিংনু ঊেহাক লৈরগা লাক্লে। বেদতুগী মপান্দা অঙৌবা ময়েক্না নাম্মা থারি, 'ইন ফোরইভর মেমোরি ওফ য়োর কাইন্দনেস এন্দ ফোর গিভিং মি এ লাইফ'। মথাদা ইরি 'চান্দনি'। ঙসাই মথে চে অমনা খুমজিন্দুনা থম্মনি। প্রোফেসর লাক্লগা চেদু লৌথোক্লবনি। খুপা অমনা এনামাবু হংলকই। এনামাস্থ নুমিত্তু থ্যাতি হেক তারম্মি। এনামাদা চেগী ইনভেলপ অমা পীবকই। মনুংদা অপিকপা কার্দ অমা য়াওরম্মি, অপিকপা অপোম্বা গুলাপ্লে অমা য়েক্লম্মি. অনোকপা অঙাঙ মচা অমস্ত মথুং থাঙ্গংপদৌনা য়েক্লম্মি। নাম্না ইরি, 'দিয়র অম্বি এনামা, গোদ বি অলবেজ ব্বিথ য়ু', মথাদা অমুকন্থু ইবি, 'থেঙ্কস য়ু এ লোত ফোর য়োর লভ, এফেক্সন এন্দ কাইন্দনেস'। মদুগী মথাদা ইরি 'চান্দনি'। এনামা মমায় ওন্থোক্লগা খজিক মিংলুদগী পাথোক্নুনা চেন্থরককে তৌরকপা মপিদু তৈথোকখি।

---

# কলাবজারি

চিংদা থবক তৌবা নিনি চৎলুরগা মঙানি য়ুমদা পোথাই। সিফাওবা তমগী মী অতৈদ এনা খুইদগী মতম নাইনা কাই হায়। মখোয়গী অদুবাইগী মানফাওবা তমদা থবক তানিংবা ঙাক্তনি। মতম অরেম্বসি য়ুমদা থবক থর তৌসিন্বদি ফবনি। অদুবু ঐ তল্লি, নুপীনা লোইনা সক সয়াং তেকপমখে হোৎনখ্রে। খাতোনগা ইন্দোমচাগনা ঐনু মাঙ্গোল ঙাম্বা কৌবিবদু চুমদবা নত্তে। মমাস্থু কৈথেলদা করিনো লৈরুনি চংখ্রে, ইচাসিঙস্থু স্কুল কাখ্রে। ঐ সুম তনসিল্লকদৌরে। তনমন্দনা পুক্না মচা অমা ইখোরক্রিবসি ফবদি নত্তে। মীনগা ফুত সুদবনে, ফিবম ফজরনি; মাইবেল ফমপ্রেৎ সোয়দবনি। অদুবু ঐ থৌসাবিদে।

ইমাম্নবা অফংবা অমগা নত্রগা ইন্দোমতা হেক সিনেমা য়েংলুরগে থন্দুনা ফি সং সেংচিল্লি। লম্বী অচৌবা তাফাত্তে; প্রমোদ থোংনৈ। মাগী স্কুতর অঘোংপী কোদোক কদাকপী, মনিঙ সেগায়র্বদুদা লাকমিন্নরে। তিকেং ফংহৌনবা য়াঙনা থৌরকপনি। সিএমর্গা বঙ্গলো মমাংদা নুপী কাঙলুপ, মহিলা সমাজ, নুপী খুন্নায়, মৈরা পায়বী, সাত্রি কাঙলুপ, অতু অদা কাঙলুপ লাওবম্মি, 'নুপীগী ইজং কন্নু, নুপী সোকপা য়ারোয়'। নিলমর্গা তম্ফাসনাগী মিং পলহৌই, লাগুহৌই কোয়চেলু চেন্দুনা। ঐখোয় লৈকাইগী স্কুলগী জেনেরেল সেক্রেতরিদু নুপী লক্লবদা মমিং চংচবনি, মাসু চেনা সারি কোল্লগা লাওহৌই। ময়ামগী ইনেতোন পোৎফম যম্বীতুসু য়াওহৌই। ঐখোয়গীদুদদি হায়নৈ, নিনিসুনা ইনেতোনগী পোৎক্রমদা সিংজু বোরা চাররবা লৈসার্বাদু মম য়ৌবা সোয়দে, লৌরুনু মনম কনবা সোয়দবনি।

উচিল নাপিম্না লাঙ্থোকহৌরে। সিনেমা হোলগী গেত য়ৌফাত্তি। কোনগী ময়েকনাইবা মনজুনবা অমমম খোইগাদা নিংতু তারপ কোম্লপ সেৎ, ফি মতেক মচা অমমম সারি ফিইন হায়ফেৎ, পিসুম ফোয়দংপী, বিন্দি মচা অমমমগা, মমায়দু পাওদব রাওরপ, মৌনহা অনিথক্না নাকল নাকল গারিদু ফাবোই করিয়োই খাম্মি নোকফেং। ইখুং থেংনা তিকেং লানসিল্লকই, 'লুপা অহুম অহুনদং হাপ্লগা লৌরো, ফুল ওইহৌরবনি, সিতনু থংনবনি'। কলাবজার পুক্নিং থৌগৎপা ওইনা থোক্কনি খন্দুনা তিকেত্তু লৌদ্রে। পৈসা খর হেন্না হায়রকপদুগীরা অরাম্বা চুমথোক্কিংবা অমা ফাওরকই।

কিউহ্ পংসাং সাংবা নত্তে, ঐ লেপসিল্লে। চহি তরামুকসিদা ফনা চাওখৎচরবনি। থায়নদি ইম্নবগা কোক মথক কাহুনা লেংবগী ফুম্নবগা মহানি, থানানা ফুবস্নু মহানি। মী অনিথক্নুং ঙায়রবফাওবা ইম্নরম্লিবনি। হৌজিক্তি চাওখংলে, নুপীগীস্নু গয়েং থম্লে। নুপামা নুপিমা মথং মথং লৌনগদবনি। নুপাগীদি মচি ইলেঙ লেঙদে। নুপী মরিথক লৈবক্নুদি অমা ককপা লোহিরগা মনিংদা অমুক লেপ্পি। রাওন্দ অমা হেনখ্রে।

নুপাগী মচি লেংমন্দবদুদা ঙাঙবস্নু তল্লে। মতম লেম্বা ওইনা নুপী মরিদুগী কুমহৈদুদা ফনা নুংঙাই। মমায় কোয়রপ কুচু ঙৌরপ নোয় পেন্নীদু সাই মকক মচাদুগা য়েংবদা মিং থল্লি, সামু মচাদুঙাই। চহি কুন্থ্রামরি মঙা মঙাই সুরম্নবদা। অমা মুরপ তৌবীদু মাগী লেঙ্গানি, তোঙ্গানে, মমায় সাংতক, মিংস্নুপ নাহিরপ, ক্না মতপ মচা অমা সায়, য়াতোন মাম্নরপ নোকফেং, ফনবু চঙখোল্লি। মীয়াই চল্লবী অমদি খোঙ্গলাই চুবা সক্তানি, কুচু মকই, চমোৎনৈ, ঢাদবনা সুবদৈ হেম্বা ওইরম্বস্নু য়াই, লাইনা তিম্না চেম্বা সক্তানি। মীঙম তেংঙম্বা মঙং নত্তে, তুকথদুনা লৈ সোল্লি মোল্লি। মরাদু য়ুদা লুপপা ওইরম্বস্নু য়াই, য়ুনা লাকহত্তুনা লৈথিরমদবস্নু য়াই, হিংলম্বা হোল্লবা য়ুগী চাকথাক নত্রগা

মচা ময়ামহূগী পুক্কি লান থেংননবা সিদা লাক্লম্বসু যাই। চহি যাম্থৈ' মথক অমহূদি মফি নাল্লি, কুচু পাল্লি, মতু সিং নাল্লি, রাসি লৈ, লেম্মি, গেরুরা চন্দন সিরি সাংনা নাতোন্দা চিংই। গ্রামাগী মমাসাবীগা ওইরম্লবদি ইমাহল তোন্দোনখোয় লনথোনিখোয়না হেল্লম্লোই, রাসি চাবাক চাবাক কেনলমগনি।

মৌ নহা অনিহূ মীকি লাইকিদে, মুপামচাসিংহূগা ইম ইম্মদুনা তিকেত লৌই। মুপামচাসিংদুনা মফম চাবা চাদবা ইম্থোক্লিবদু থৌসাবিদে, নোকফেত্তুম তৌশিল্লকই। অঙাঙসিংহূ ময়াই অমা কাবগুম্মি। কিউ মচি লেংমন্দ্রবহূদদি তুংদগী ঐখোয়স্মু সাওনিংলে। অমনা হায়রকই, 'ইচেরা ইতনরা ইন্দোল্লা খর কক্লবদি তোক্লসে, ঐখোয় অমুক্তা কক্চগে'। অমনা হায়রকই, 'ইনেম্মোক্লা ইনেরা তোকলো'। অমনা অমুক সং পাংসিল্লকই, 'কদায়দে ইনেম্মোক, কলা-বজারিগী মচানুপীনবু কয়াম জুগোং চারমদোইনে'। অরেম্বী অহলহূনা চিং লেম্না থুয়কই, 'য়ানি য়ানি ইবুংঙোখোয় লৌবিয়ু'। অদুবু তুংদি হন্দোক্তে, মাগী তরন ঙাইরি। লৈমা সিজদুমঙাই লেপ্পা সারিবদি।

কলাবজারবু য়াম্না ফোংলবা থানা পুলিস লাক্লরোই, মখোয়গী ফুরিতথাও সরুক হান্না হাপথ্রবনিনা। তুংদগী ময়াম সাওবা হৌরক্লে। মুপীসিংদু তানখোকখ্রো হায়দুনা। অমনা লাওরকই, 'কৈ মুপীনো, মরা মরাদুবু কৈদৌরিগে, মতুবু কলাবজারগী থাদোক্লিবসিবু'। অমনা পাংসিল্লকই, 'মরা অমথক নত্তবা, মরা ময়ামহূ অমনা অমনা রারক্লরমগদ্রা খন্দুনা ইম্থোক্লহনা লৈরবা'। অমনা অমুক ভাথরকই, 'মরাগা মথোঙ খঙপোং নত্তে, পোং ঙাক্লনি'। মপোয়দি থৌসাবিদে, তোয়না তারক্লবা রাহৈ ঙাক্লনি। অতৈ তাবা য়াবা য়াদবা পম্ব। য়াবা য়াদবা রাহৈ কয়া য়াওরক্লে। অনিদুদি সায়াম থেংনরকপৈ হৌনবা কিবিবা নত্তে।

কলাবজারি

মুপা অনিখক নৌনা লাকই মখোয়নি ৱাবি সান্নৈ, 'থেংলিসিদি য়ারে, অদুবু হোরেল য়েৌরমদবস্তু থঙদে, নেবেদমখে লোয়না ককথংপনি। এ ক্লিলমস্তু নহারোলসিঙনা থিংখ্রবনি'। অরেম্বী মুপীদুনা থোক্লক্লগা হায়রে হংনা, 'ইবু ঙো ঙসিদং হৌবনি, অহাম্বা সো য়েংবা কাঙবু লোইনা হাওই হায়নবনি, হাওতে অমতা হায়নরমদে'। মাঙদা পনজাবী অমগা মায়ৱাৱি অমগা ৱাবা খংদবমখ মৌ নহা অনিদুদা মমিৎ কুপ্পনা য়েংনম্বদু তক্লরক্লমান্রে, হনুবাদুদৈ লুপা মৰি মরি হাপ্লগা লৌখ্রে। ফনদুম ফবে ঐ অনি কাথংলে। অদুবু পাখংলি, সং হাউস ফুল হায়রক্কদ্রা হায়দুনা। ঐখোয়সিদা তিকেত মঙা তরা থারগা হাউস ফুল থাবসি চংনবীনি।

মমাঙদা ৱা ৱা লাওরকই। জিনগী খোংগুাও জেকেত অমোংপা সেগাইবা লিংপা, সমসাংবা কোইঙাং থাকপা নহাক্লগা মৌ নহা অনি-দুগা লাওনরকই। 'ইবুংঙো, নুপীনেনা উসিত্রিবরা, চুম্না চুম্না হৈস্থোকউ, কৈথোকএ তৌভসারিনো, থানা লাবখিসমু ফুদংহনগে', ফেং ফেং লাওরকই তনোয়বীদু। তোঙ্গানবীদুস্তু য়াওরকই ফেং ফেং হায়না, 'ককফম থোক্কনা কল্লিবনি, আইম্না য়াই, নুপা অমগা নুপী অমগা কাম্ন কাম্না কল্লিসিনি'। মৈ হৈসিং লিপ্তে অনিদু। মচিন্দি লেপ্পে তিকেত লোাদবৈ মখুত্তু ইনসিল্লকই। 'মসি নুপীসিংসি বেসাা ঙাক্কনি, সিনেমা য়েংবা লাকপা হায়ববু নুপী ফুরম্নগা হনখিনি' ঙাংনা ঙাংনা নুপী অনিদু গর গর হৈস্থোল্লকই। মৌ নহা অনিদুস্তু হন্দে। তনোয়বীদুনা য়ৌ য়ৌ তৌরকই, 'ফুরোনেহ, কল্লেনেহ নুপী ফুরগা'। তোঙ্গানবীদুনা অমুক ফেং ফেং তৌরকই, 'সক্কাসিগা সমদানেনা তিল্লাই-খোম্বি কোইমুল্লাহ...'। নহাদুনা মখুৎ অনিদু থাঙ্গংলগা হায়, 'মুধহরগে'। মুদ মুধহরগদবদুঙাই। মমাম্নবা মাগা চপ মাম্নবা অমনা মখুত্তু ফাই, 'ঙাইখো ভাই কৈংথেল সনগা মাম্নরনু (তপনা তাথরকই) ঐস্তু

সাওরক্কুনা চেংম্নুবাসি কাম্নুরা পোপ থাজিনবা'। মাগী কিন অনিদু নুপী অনিদুগী চুবা য়ৌনা তিংথোক্লকই। নহা অনিদু নুপীনা খোন কল্লগা ইকায়খিদনা হনখিগদ্রা খল্লম্বদৈ ওম্ম তৈনরকপত্তুদা কৈ কৈনো ভাঙ ভাঙহুনা খজিক্কং হন্দোকখ্রে। তুংদগী নুপামচা অমনা তপ্পা এভোন্দা হায়রকই, 'অসিগী অনোয়বীসে জাং যাম্মা থীবনি, হন্দক্কুম্মু পাঙল ওতো থৌবা অমদা চেল্লুরবনি'।

এগী মাঙদা অমত্তমক ভায়রম্লে, এনা লাই খুরুম্মি, 'হাউসফুল খাবিখিদবা'। মৌ নহা অনিহু অমুক হাইজিল্লগা তিকেত লৌগে ভৌবহুদা মাঙদগী নুপাহুনা তপনা হায়রকই, মুংসিবা মুংভাইতবা মারৌবা অমা য়াওনা, 'ইচেরা ইতৈমরা, মীতৈ নুপী মীতৈ নুপী হায়হুনা এখোয়না লাঙজরিবা পোংজরিবা, কুইররোই অতোপ্পনা মীতৈ নুপীবু তুকংচনরক্লগনি। মীতৈ নুপীত নত্তনা খুম্নাইবুসু জাতিবুসু য়োক্লেদো। নমান নমাম্নবদৌনা ফিসা লোনসা, এনসাঙ নাপী য়োল্লুদনা, নুংসিদ্রা মথোয়সে, লৈবাক্কি খরসু য়েংউ।' নুপী অনিদু থৌতক তৌই, মখুত্তু পাক ইনসিন্না ভমদে। নুপাদুনা হেক মখুং লৌথোকখিবগা এসু সং কক্লগা থোন্নক্লে।

প্রমোদ গারি থম্বা চঙখ্রে। নিংসিংলকই। থা অমা ফাদ্রি, এনে মমানে ইচা অনিনে সিনেমা য়েংবা লাকপদা সঙকর তোলকিজগী গেত্তা ওতো রিক্সোহু থংলকপহু। ইমাদগীসু হল্লবীহুনা হায়রকখি, 'লুপা অনিদং হাপ্পিরম্মু, সিত থংনবনি, তিকেত্ত খিংখ্রবনি হাউস ফুল ওইদুনা'। কাওন্তরদগী লৌগে হায়দুনা গারিদু থৌহল্লে। ফুত চহুম্মুক্কু ইকাই ইকি রাংমা লাম্না চেন্দুনা ইম্নরকই। ইনাক্তা স্বম্ন থবেং থবেং হোম্না লেপ্লে। কাওন্তর হাংলমলি, তিকেত লৈরি। নুপী অমা অনিসু মহুত্তা লৌরো হায়দুনা চঙসিল্লকই। নুপীদুনা মরক থংনা লেপ্লে মমায়দু হমাং তৈথোক্লা। এ নুংভাইত্রদুনা তিকেততু লৌরে, পুম্না লুপী অনিদং হাপ্পমলগা থরা হাপখো হায়বদু তাসিম্নদনা চঙলে।

থোঁদোক অমম্বু নিংসিংলকই, কোনজমগী ইতৈমা তনৌদ্ৰ বজারদা এনসাং নাপি য়োম্বা চংথ্ৰগা কল্লাবজার তৌরম্বদে তাঙোনা থাইন-থিবদ্ৰ, কোম্মা এসও অমদা অতোপ্পী ওইথিবদ্ৰ। য়াম্মা নোক্লিং-লিবদি ঐথোয় বাড়িইল্লনা ইমাইল লৈতবা চহি ওন্দ্রিঙে মৌ নহা অমা চেল্লকখিবদ্ৰনি। তম্বাইনা য়ু থক্লগা লাওবদ্ৰ, 'নুপী ময়াম অমা লৈ, সি নত্রদি লৈত্রবরো, য়ুয়োনবী মপোং য়োল্লগা চাবীনে'। নুপীদ্ৰনা ফি ময়োম অমগা ইমুংদে পাওথোক্লকই, 'নপা থুনুবসিনা হায়জম্মম্বে লাকপীবনি, নপা হন্ৰ কোনচাকসিগী মনাক্তা লৈত্রগা বাবিগদবা নত্তে, কল্লাবজার তৌরগা কেৎলেমখে লৈথোক্কে'। ফেৎ ফেৎ হাইদুনা চংখি।

প্রমোদ হল্লক্লে, ঙৈহাকমু বাংলি অহুংবা অমমম থকসি হায়দুনা পান দুকান তম্না লাক্লে। অহুংবদ্ৰ থল্লিতুনা পান দুকান নাকন ফক্লোং মরুম ওইরপ্পা ঙসাইগী মৌ নহা তনোয়বীদুগা মরূমদা লেপপা নুপা অমগা বারি সাম্মরি। নাসে পুসিল্লগা তানবা হোংনৈ।

'তিক্লেত অনিথক্তং লোইসিল্লমখিগেনা'

'ঐথোয়নি য়েংথোক্লসিদনা, ঐ পৈসা হনজিন্বিরগে'

'নঙ ঙসাই হায়দুদি থেঙলোইদ্রা'

'হোরেল ঐ থিন্বিগে, স্কুতর য়াঙরকই। ইচে পসোংকি হোস্তেলগী চাকসঙ মনিঙগী কাদু মী অমা অনি লৈরি ফরক তানি হায়রকই। সোসি লোইবগা মথঙগী সিনেমা হৌখিবগা চঙসি।'

প্রমোদথোয়নি সিনেমা হোলদা লাক্লে। ফিলমদ্ৰ কয়া মুংঙাইতে, বারি পরিং খঙদে, মতাঙ চাদনা নুপীসিঙদু ভাবোক্লিদমক থওইনা সো তৌবা য়াওই। পৈসাগীদমক সিনেমা মওং মরিন নাইদবা হৌনবনি। তুংদা সু সু নৈসিন্দুনা নুপা নুপী বারি সাম্নবা তায়। সিনেমা

মনুংঙসি পাখঙ লৈসাবীগীদি পুং অনি অহুম অমম্বদা ফমমিন্নহুনা ৱারি সাবগী খুদোং চারবা মফম্নি । সিনেমাগা নুংঙাইতবগা তুংদগী ৱারিহুগা খোয়দো শিকপা লোইরে । ফেরপ য়েংলুই, নুপীহু ঙসাইগী তনোয়বীহুনি । নুপাহুগী খোনজেলহুদা য়ান্না খঙবা তাখ্রবা খোনজেলনি । লাংতক্নমল্লহুনা য়েংখৎলুই, হুস ! তয়াইনি । ঐ ইমান্নবহুদা সিক্লম্লগা থোক্লক্রে । ঐনা থোঙ য়োৌরকপদা হুংসিং অহংবনা মায়দা সিংলকপদা নিংসিংলকই, তয়াইন। বজিহলদা ঙাঙখিবহু, ইতৈমা য়াইমদা নুপীনা মপান থোকপা ফত্তে, নফি নরোল কোমগন্নু হায়হুনা তস্তুনা চৈখিবহু । মিংতা সঙ সঙনা উরকই, ঙসাই সিএমগী বঙ্গলো মমাঙদা লাওহোবা লাঙহোবা ময়ামহু ।

---

# 'ৱাঙ্গোই সিজ'

ৱাঙোন লোম্না কাখ্‌ংলক্লিবা থাজগী থাবল মঙালদা মাঙ্গোল উখোকতেন্দা ঙাক্তুনা বোরা অমদা কমক্তুনা মবোক্না উইরি উইবি মস্নুগী হিক মার মারক্তুনা ফ্‌জ্ঞা ৱারি লিবিরি। মস্নুনা ৱাবি মরক থংলক্তুনা হায়রকই।

'অবোক, কোন্নুংদা গোবিন্দা খুরুমলুগিদো, চাৱিখোয়গী মমানে মবোক্নে এ মখোয়গী তোনজম হুংখোল পুম্না হৌনক্তুনা, গোবিন্দ খুরুমলুনি হায়রে। পুর্নিমাসে কয়াম ৱাংলি, পুর্নিমা লুমিংতনে হায়য়ে।'

'হা, পুর্নিমাবু, হংচিংনিদনা'

'অদো ঐখোয়সু গোবিন্দা খুরুম্বা চংসিদো, ৱাজিদা খর হায়বিয়ুনা, হায়বিয়োবা অবোক'।

মস্নুনা গোবিন্দ খুরুমলুসি হায়বদ্‌ মাস্নু চংনিংই, কুম সিগা মরি মঙা লানখে, গোবিন্দ দর্সন তৌরুববা। মখোয়, মপুনা টেখিদবা কুনদ্‌দগী অদ্‌ম চংখিদ্রে। লৈসারিঙে সমলাং কোইকক্লুরিঙৈদা পুর্নিমা খুদিংগী মসু ফংলফাওবা নোংমতা লেপ্তুনা গোবিন্দ খুরুমকখিবনি। অহান্বা সকখঙনবসু গোবিন্দগী মন্দিরদনি।

'নমাদি চাকথুম চঙবা য়াদে, ঐখোয় অনি চংসিরা, নঙ বাজীবুদি য়ানিনেহ ..... হিদাক ঙাস্কক অমতা হাল্লখো'। মতৌলৈবী হরাওনা চেনসিনখি। মবোক্না কাখ্‌ংলক্লিবা থাজদ্‌ য়েংলগা মখোয় মপুবু নিংসিংলগা মিংলুদা পিরাং ইহৌরকই। লৈসারিঙে পুস্নিদ্‌ ঙরাং নহালঙগুম মিংতা উরকই। কৈজোম চোল্লপ, পুময়াংকি নাকলগী

মফি হোংনা হোংনা মবোক্না ঙাওই, 'তপমল্লে, মীগীদি ঙসাইনা থোক্লখরে, নংহৌররোই হায়বিরিসিনি'। হাথু হাথু চেরাং হুমিদাং-ৱাইদা হেকপা লৈসিঙচু লৈ পোল্লাংদা হাপচিল্লি।

মৈথু পুংমু মুমথৈ, মীনম্বু ঙারি নম্বমথৈ তোং. গারিচু চৎপা হৌরে, নুঙ মরব লৈখোম মরক উফুলমরক কুন্দ্রুক কন্দাক মরক্কুদা, কোদ্রোং কদ্রাং কিরুক করুক। মম্বু মবেন কৈম্বু থল্লুদে গোবিন্দ দসন্দু নত্তনা। কৈসামপাল্লা কুমহৌরে, মুমিৎ ৱাতোন লোম্বকান্দুদা। ইনা মথক কুপ্না কৈসামপাংকি থোং উপাকথোং লান্দুনা লাক্রে।

হিদাক ঙাম্বক অমগীমতম চঙদে, সনজেম্বোং য়োরে। কোম্মুং তাবা থোংনি, উনা চেকসিন্না সাই! মতৌলৈবী মফি ফনেক কৌরপ সেং-চিল্লি। মবোক্না নমথুনা ফি মতেক মচা অনা ইলহল্লি। মতৌলৈবী হৈবোই হৈতবোই য়েৎসিল্লি। ময়াম মমাঙ থা মমাম্নবী অমা অনিগা চেন চেন্দুনা চংলি। মথোং য়োসিল্লক্লে, গোবিন্দগী কাংসি তারক্লে। মতৌলৈবীনা মতুং ওন্থোক্লগা হায়রকই, 'তু আদা লৈরে, পুল্লং লং, মন্দির মতোন উখিসি, য়েংউ মী ময়ামসে'। কুইনা নিংজরকপা ইবুংঙো ইংবম্বা স্রীরাধাগোবিন্দ অনিগী চবন সেবা ফংজরগনি, তাইবং মুমহংপা সক্তমচু উবা ফংজবগনি। অহল হন্নবা হম্মুবী মৌ নহা লৈসাবী পাখঙ হরাওনৈ, পুক্নিং পুমপেন্দা পেল্লি, পুম্নোমদা নৌথোরকই। ময়ামদগী খিং হেন্না মতৌলৈবীগী মবোক্না পুক্নিং ইহুং হুংসিঙুম মতোমতা থনজৈ। মিত্তগী পিচুম সিম্থরকই, হৌখিবা পুন্সিবু নিংসিংলগা। ময়াম পুম্বা ইবুংঙোগী মন্দিরথুদং থাপনা উবদা কাংসিগী থোনজেলথুদং তাবদা হন্দক মপোক্কি মহৈ য়াল্লে থম্মৈ।

মন্দির য়োরে। মীনা চিক্না চাইনা ঙমদনা লৈরম্মি। মান্দোপ্তা ইসৈ পালা মরি মঙা থোক্না সক্লি। কাংসি মথেংলনা ক-া-ং ক-া-ং হায়না সাংনা সাংনা হুংসিনা পুক্নিং হুনা য়ৈরি। লৈরাংগী হুংসিবা

মনম, থূপ ৱর্তিগী মনম্না মফম খুদিং সিন্না থুংলি। মবোক্না ৱানা হোংনদুনা ইবুংঙো ইবেম্মগী দর্সন তৌজরে। মিংকি পিগা লোইননা চরন্দা লৈরাং কত্তুনা খুকম্নি। মতৌ লৈবীসু মবোক্কি তুং ইন্দুনা খুরুম্মি। করিনো নিখি মক্রম থওদনা, বর নিনিংবনি নিফম খওথিদে। ময়াম ৱা ৱা লাওনরকই, নাকল অমদা চেন্নোক্লে, 'ইনিংথৌ সনা খোংলেংলক্লে'। ময়াম খুরু খুদক কুন্না খুরুমনে লেঙদনা লৈনে। নুপীসিংনা মকোক্তা ফি খুমে। মতৌলৈবীসু হৈবোই হৈতবোই মবোক্কি মতৌ তমদুনা মকোক খুম্মি। লাইবু মান্নবা লাইনিংথৌ ইংনা লেন্না খোংলেংলকই, পে চুংগোই খন্দুনা, চামর থৌগল তৌদুনা। মতৌলৈবী য়েংনিংমনখ্রদনা মপা য়ৌরক্নদাই নাকচেপ্পনা য়েংলই। ইস! অস্সুক নিংথিবা! অস্সুক ৱাং চাওবা! কয়াদা চিকলেম্বা ফজবা! লুপাবু ওম[illegible]বা কুচু, নিংথিবা অঙোবা চরৈ ফিজোন্নবা; কয়াদা নিংথিবা! লাইদকসু অস্সুক ফজরনগদ্রা! হৈহাক মিংফম হোংদনা লৈকই তাইদং কাওবমথে। কোক্কি ফি নাম্থিবা খওহৌদে। নিংথৌনা লৈনা য়েংলকপদা মপা থোক্লদুনা উরকই নাকচেপ্পনা, ইনখংলকপা নিংথিবা হকচাংনা লৈতেংলবী নিংথিরবী সুমহৎনেঙাই ওইবীদু। সর্গগী লাইরেম্বী অপসারা, জগোইসাবী মেনকা অসি য়ৌনা ফজরমগদ্রা খল্লুই। মিং কুপ্পুনা তিল্লাং খয়োংননা হৈহাক পুঙ্গোই য়েংলম্মি। মতৌলৈবী মিংচাম্নওমদা লুকথখি, মিছল তিং তিং চোংলকই, হমাং ম্বাই ম্বাই কারকই, মসাপুম্না কোইহাই হাইবগুম্নকই। মিংয়েংদুনা থম্মোয়বু হুমদুনা পুখি, খনফম খওথিদে থম্মোয়দু। মবোক্না হৌগংলো হায়রকপকান্দুদা মতৌলৈবী মওফাওনবগুমম্নকই।

হল্লকপদা লক্ষ্মী চংলিঙৈ মন্দিরগী ফজবা, ইবুংঙো ইবেম্মগী নিংথিবনচিংবগী ময়াম ৱারি সান্নবদু মাস্থু য়াওই। নিংথৌগী চিকলেম্বা ফজবদু থারকপদা মসাদু ম্বাই লাওই। মবোক্না ময়ামদুদা হায়খি, 'অদুনবু মহারাজ হায়রিবনি, লাইগী পাংথক্কি হায়নরিবনি'। মতৌলৈবী

ইফিং ফিংগংলি, মমিং মনা থকংলি, খোঙথা ফাওবা চুনা থাংলক্লে। মবোক্না হংলকই, 'হুবেম্মা, মতৌ, ইমুবু নসা নুংঙাইতবরা, চাক লাম্লবরা, নসাহ লৈতাদে, নমাইগা ভাওসক ভাওলিবহুনু'। মতৌলৈবী কৈনু তৌদে খুম্মি।

মুমিত্তুগী মুমিদাংদা চাকখুমদা চাক চারিংও মবেক্না মচানুপাদা হায়, 'হন্দক্কি মেরা পুর্নিমা নুমিৎসি, ইমুসে জগোই মকোক চিংহনগে, জগোই রাস গে, বিন্দগী চোরোন্দা কংকে'। মচানুপাদু খুমদে, য়ানিংদে, অদুবু য়েত্তে। 'নঙগী খুরা তোনালগী মমাতোলদু য়াইস্কুলদা হোংগংখিদনা, মাগী মমুনু মকোক চিংহনগনি হায়। খর মথক হাইগৎপা মোহইদনা ভস্ত্রা, সিরাইদগী হোংগংখ্রগা মী উমিত্তবা সারদনা। মমাঙদা সোইদনা কংকনি, হায়রম্লবনি কোন্নুংদেনু।'

'কান্নদবদা ইমা নঙবু, হৌভিক ইম্ফাল নত্তনা নুপী অমতা লাইরিক তম্লি, সিদা এল পিসি লোইহনগা রাহেং লৈকাইগী গার্লস স্কুলদা তমহনসি। অাদা ইংখোল অমা লৈবদুদা ঐখোয়মু লৈসি, চন্দ্রকালা, মেধাবতি, ভামুগাইনা রাহেং লৈকাইগী গার্লস স্কুলদা লাইরিক তম্মি, ঐদি কল্লকখ্রে।'

'কেদৌনা ইম্ফালদা হোংদোরিবা, ইমাইপেম্মা হাংন মুনবা মী ফংনখিদ্রবা মফমনি, অমগা অমগা হুন্না য়েংনপোৎ নত্তে। নুপীনা লাইরিক তম্নগা বৈদোনদোরিবা, নুপামু নত্তনা। ইমাখোইমু তম্লক্লে, অদুম হিংইসিনি। নখোয় নুপাফাওবা কান্নদে হায়দুনা তমদেসে। নুপীনবু থিসা লোনসা খর হৈবগা অদুমঙাই। ইবুংঙো ঐদি পুক্নিংদা লেপ্লবনি, (মমিং উইসিন্নগা, মখুং লোম্নরগা) জগংকি মপু ইবুংঙো, ননাইনা ইমুসে মকোক চিংহনগে, ইবুংঙোগী চোরোন সেবাদা জগোই রাস অমতং কংচগে খনজবা কৃপা তৌবিয়ু। (মমিৎ পাংথোক্লকই), ইবুংঙো য়াদবা য়াদ্রবনিকো।'

রাঙ্গোই সিজ

মেরা পুর্নিমা নুমিত্তু গোবিন্দদা জগোই রাস কংলি। নিংথিনা কেরছুনা মতৌলৈবী জগোই সারি থেক থেক নৌগ নৌ, 'মালিকা মালোতি লবঙ্গো কেতুকি............'।

মহারাজ সনা খোংলেনজ্ঞ্না জগোই রাস মিংয়েং তাররে। মান্দোপ মঘাইদা ভাস্তোইরিবা নুংঙাইবু উরুরে। চন্দনগুম্বা কুচু, থাজগুম্বী মায়খোং, নিংথিবতনা য়োম্লবা হকচাং, ফিজোলচুনা হেন্না ময়েক সেংহল্লে। কোক্তুগী লাইবক্লা তাথরক্লি ঝমকি, নিংথিবা নাইলনা হাইরি, অরংবা সমফাবীনা মচি মচি নুজাগী মাইনোল সম্বাংবু ফাজিল্লি। ঝমকি নপলবা রেসোনগী অসঙবা ফুরিং, সাংতকপা ভকসমগী নিংথিরবা থবাক্লা ভাস্তোইরিবা সনাগী লিকফাং, তবোপ তবোপ্পা পাম্বোমদা পাম্বোমফাবী, খুংজেংদা পোকচাওবী, চেংতকপা খ্বাংদা পোং-লোয়...। মহারাজ মিং কুপ্তনা য়েংছুনা লৈ। মতৌলৈবী পাখংলকই, মিছল তিং তিং চোংই, মমিং তুকথরকই, জগোইগী তাম্বা কায়রকই। মবোক্লা পাখংলি, 'কৈমতৌনো তৌরিসিদি, মহারাজ মমাঙদা জগোই তাম্বা কায়রিসিদি'। মবোক্লা রাজৈ নিংথৌনা সাওখিগদ্রা হায়দুনা। নিংথৌগী চাগদবগুম মিংকুপ্তবা মিংয়েংদু উরুবদা, মিংয়েংদুই অর্থ খঙলবা মবোক্কি মিছল চেনগুম চেনগনৈ। থম্মোয়মুংদা গোবিন্দবু থাগোম্নজরগা নিজৈ, 'পিক্লিবী চাওবা মপুং ফাদ্রিবী মীরোল সুদ্রিবী ইসুবু কম্বিয়ুকো। গোবিন্দ ইবুংঙো নঙদি অন্তরজামিনিনি খঙদ উদ লৈতবা, ইসুগী মরাইবক করম থোক্লবা নঙদি খঙলিনি, ইসুবু চাম্বিয়ুকো।'

চয়োল অহুমগী তুংদা অয়ুক অঙনবদা সগোলগী দোলাই তোংছুনা নিংথৌ ফম্নাইবা লেঙলকই। মবোক্লা পাখৎচরম্বা মিপাইজরম্বদুমক থোক্লে। ফিরুক লুকমাই অথেলপোৎ মনাইসিঙনা থাংজিল্লকই। সনানা মফেল ওইবা ইঙ্গিং সিংলবা ফিগে ফনেক, মুগাগী বনারাসকি চৈ

ইন্নফি, খুং চঙনা সাববা ব্লাখৈফি, সনাগী লিকফাং, খুজি, খুদোপ, পাম্বোমলাকপী, সেলয়েক, হৈবা, লৈস্নু পুন্দদ্ উজ্লগা হ য়রকহ, ইমা লাইবক কৈ লৈবাক্কি মপু লাইনিংথোগী পাইনা পিবুক্কুংদা নসু ইবেম্মবু থোয়দাংবদ্রে। ইনিংথোগী থোংগল নসুনা কুজাগনি হকংথেননা। নম্বী লাইবক থম্বাল সাংলেনো। নসুম্বী থোজাংদগী মায়কৈ অসোমদস্নু ব্রাত্ত পাদনা লৈরনিদো।’ মাঙ্গালবা ফনহুনা তাংং লংচাক চাকহৈদে লেপ্পুনা ভৈগ্রাক তারুবগা মতৌলৈগী থক্কত্তুনা ইমুংদা চেনসিনখি। অন্নাংগী কা নিংঙোনকাদা অঙাওবীগুম তথক্কা ফিজি চিংক্রুনা খাঙখি।

মিছুংখোং মথাদা মপোঙ মথুং লেঙবা ওংপা ঙমদনা মুঙগী মুর্ত্তিগুম মমিৎ মনা চপ মুংনা লেপ্প। মতৌলৈবীগী মপানা মথা চিঙ্গুনা সাওনা ইমুংদা হঙ্গং হন্দা চংলি। পামদে কমদোইনি, হৌনদে কমদোনি, নিংথো সনা য়াথং হিল্লোক্কদবা পোইরৈ মঁতৈ লৈবাক্কা কনাস্নু লেতে। ফম্নাইবনা হনখুবদা মবোক লুব্র। তুম্মিন্না ফমথে, মমিংতা মপি ইরা চেন্নি, ‘অমুক পিন্নবী লৌজারিবী মাংইই মপুং ফাদ্রিবী ইবুঙ্গো মপাদগী হয়া মঙোনদা কন্নম্মা............ফংমক্কে হিংচা য়াইতম্মল্লি, নিংথোনি ওম্মি মতাগুম’। খল্লুবদা তু চুংই, নিংথোবু তুক্কংচবকহৈ। অদুবু ফোংনা কননো সিঙনকগদোবা?

লুমিং তারমদাই বজাই বেঙ্গুল থোংহুনা দোনাইথক্কা ফৈনা ফমহুনা সনা খুদো ফান্দুনা মতৌলৈবীগী সঙ্গাই তম্মনকই। লম্বীদা সেং য়েক চাংব চাইরহুনা লাকহৈ, খাই লমাদা মীনা ফিঙো ফেংদমখ পরেং লেংহৈ। মতৌলৈবী বানি ফমথোন পীবে বামোন পন্দিতনা মন্ত্র জনত্তু খাঁদুনা। লৈমা ফিজোল হোংদোকল্লিরে, উগী হংগুম লাইখদিবাগুম লেংওৎপা হাই হুম্বা তৌদনা নিংথোগী য়েক্তা ফমহল্লি।

মী পুম্বা হন্নখুবদা মপাদগীস্নু হল্লবা, খাং চাওরবা নিংথোগী মতিক মঙালদা মতৌলৈবীগী হকচাং চেং থৈবগুম নিকখি, লবাই

লুতোনগী সম্লাং য়ুংথি, হুমাংনা মসা পুম্বা পুম্নুপ লুপথি, অসিন্নগুম উতুপ তাদুনা লৈথি। নোংলৈ অমদি অথাক অরাও হৈরোইনখি অহিংদু। নিংথৌনা মতৌলৈবীগী মায়গী হুমাং মন্নিকসিংদু লুংসিনা তৈথোকপিখি।

চেকপল ন্নাংনা থাদুনা, অচৌবা চেকল্লুম সাবিরে। মীনাই মীসল থমদুনা, য়ুমডাকপা সন্ত্র থমদুনা তুংডাই মরাং কায়রে মতৌলৈবীখোইগী ইংথোল। থাখুদিং নিংথৌ সনা খেৎনংলেংলকই। লুমিং খরনি লৈরম্লগা তম্না অমুক হনখি। মথৌ চিন্বা লৈবাক মপুনি, লৈবাক্তি থোদোক ন্নাথোক ন্নায়েল বিচারদা থৈহাক ফাওবা সাজদে। মতৌলৈবী মহাকথক ময়ুম মপামলম ন্নাঙ্গোই মাঙ্কে অন্নাং অপা লৈতরে, লম্বীপী থোংগী ন্নাস্তরে।

চহি অনিগী তুংদা মতৌলৈবী পিবুক্কুংদা নন্না মিতম্লে। ইনিং-থৌম্নু হরাও মথেইনা থুমহৎ তোহনা সনা খোংলেংলক্লে। থাবুম মপুং ফারকুনা মজাইবেম্মা অমা ফংজরে। ইনিংথৌগী হন্নাও মতোন লোমখে। পুং ইসৈ কুমহৈ তৌদুনা হুমিৎ কয়ানি লৈকাই পুম্বা চাক থাওলে।

মতৌলৈবীনা চহি কুন চঙলকপাকান, ফজবনা মফম খুদিংদা সীল্লবাকান, নিংথৌদি অহল মতম ওইসিল্লক্লে, সোনজিহক্লে, তোইনা সনা খোংলেংলক্করে। মজাইবেম্মম্নু চহি অহুম মপুং ফারক্লে, মপাবুঙগী নাক্তা চংকে হায়দুনা নিংডাই তৌরক্লে। অয়ুক অমা মতৌলৈবী মজা-ইবেম্মা পুদুনা দোলইথক্তা তোংদুনা সনা কোনুং তমলক্লে।

ইনিংথৌ ইবুংঙো হকচাং ইদুনা লৈরম্মি, সনা হকচাং থীনা সোক্লমলে। মচেম সিজ ইবেমমা ন্নানি মঙানা সেবা তৌদুনা লৈরম্মি। মনাই মসলনা কোয়না লৈরম্মি। ইনিংথৌগী মনা থোঙয়া উফুল লৌজে, কোকথক্তা হাপপি। মিংকি পি থাউজে, মিৎ পাংবা ঙমদ্রবা

নিংথৌব্ চিংনা য়েংজে। অৱাবা সাক্লোন পুন্ডমদা লুকথদুনা লৈ ঙৈহাক্তুং, নাম্বুৱক্লিবা পি ঘিজিনা তৈথোকই। মচেম ইবেম্মসিঙবু নুংশি খুৎকম্মি। খুৎকপথু ওক্লকই, থৌগল্লোন খঙবী সিজাসিঙ। অদুবু ছু পুৱবা মিংয়েংসিঙদ্ মতৌলৈবীনা উৱকই।

নিংথৌ মার্গা লৈমা অতোম্বী লাক্লিফাওবা খঙলমদনা মথংগী নুমিত্তা লাইগী খুয়া তানখ্রে। মতৌলৈবী মতোমদা কপচৈ থেম্বীনবা য়াওর্দ তরক তবক। সাধ কম্ম লোইৱগা হু পূববা কল্লক য়েংথীবা মচেমসিঙগী মিংয়েংদে লাপথোক্লবা ময়ূম মায়কৈ পাংলক্রে।

কোনুং মনুংগা গোবিন্দগী মান্দোপকি পুংখোল, কোত্তান ইসৈগী খোনজেল, কাংসিগী নুংসিৱবা খোনজেলদুদি তাম্না তারি সেংফাত্তনা। দেসাইথক্তা ফম্না ফম্না নিংথৌগী মুম্না য়েংবা অদুদৈগী মিংয়েংদ্ নিংসিংলকই। মতৌলৈবী নাকন্দা ফমলিবা মজাইবেম্মবু চেংনা কোনসিল্লি, মিংকী পিদ্ থিংবা ওইনা অসংবা নেংদোলথক্তা য়েংথংলুই।

---

বাঙ্গোই সিজ

# "ইচানা সাম্নবদু থোইরম্মি"

চহি মাপলর্গা ইচানুপাগা চহি তরেতকি ইচানুপীগা অনিনা মুমিদংগী চাক হেক তোকপগা নুদো সাম্নসি হায়ছুনা ঙংলকই। রাবগীদি ইকচাংসে পুংমুন মুল্লবনি। দ্রামা হোল অমতং সানবা, কুইনা মীগী মান্দোপতা লাইসঙদা চোংবা পাওবসিদং তোক্লবা ময়াম হোংনবনি। যুমনা থবক সুনিংদ্রবস্ম ময়ামগীদি লৈকাইগীদি অত্নম স্নবনি। ইচা অনিনা ফমুংদা নুদোগী চেহু হাংদোক্নুনা মরু সিন্না হৌখিবছুদা ঐ সাম্নদবা য়ারোইদৌরি। ইচানুপীনা মাগীদি অসংবা ওইগনি হায়ছুনা মরুসিঙহু থম্বা হৌখ্রে। মচিন্দনু ঙাঙই, 'তামোগীদি অঙাঙবনি, পাপা নওগীনা হঙ্গামপাল মচুগীসি থম্নগেকো'। মখোয় অনিগী থরায় য়াওবা, অতুগা ঐবু সোয়দনা য়াগনি হায়দুনা ঙাঙলিবছুদা থৌওংছুদা মখোয়নিগী নিংবা থংনবা ঐস্নু সাম্নবদা তারে।

মমাদি চাবখুমদা লৈখি, ময়ামগী চারম্বগী লোইসিম্বদা থবক চিল্লি। সাম্নবা হৌরে। অঙাঙনা সোকা থোকউ, পনজা থোকউ, অতু থোকউ অদা থোকউ লাওবা, পংথোক্তা থোকল্লি। অঙাঙ অনিগীদি লোইনা কাংখ্রে, রাওন্দ থংছুনা হোম(যুম)দা চঙখিবস্ম মুনখিবসু য়াওরে। ঐগীদি সোকাহু সুকথোক হেক থোক্লক্তে। ইদোমতা সাওনিংলক্লে, থোকমল্লক্লবছুদনি। 'অঙাঙগা সাম্নবনি হায়দে, থোম্নদো প্রোক প্রোক চাক্লকই। সাম্নবা হায়রেদনা, ঐস্নু ঐগী মকসিঙদু চংনিংই। ইচা অনিনা ঐগী সুকথোক থোক্লক্তে হায়দুনা রাখি।

মমৈথংদা ঐগীস্থ সোকা থোক্লক্লে মথং মথং । মথোয় অনিগী মরু অনি অহুম হ্যাংখ্রে । ঐগী মরু য়াম্বনিনা ঙাক্তি ঙাক্তদ্না লৈরগা মখোয়গী হেক থোক্লকপগা হেক্তা হাম্ভোকলে । ইচাম্বুপীনা মাগী মরুহু চেলহৌনবা সোকা কৌবনি, পোদগী হেম্না লাক্কে । ইচান্নুপীনা মাগী মরুহু হাংখিগদ্রা হায়হুনা তুমিন্না ভাসিন্দ্না লৈ । ঐনা ঙংপদা পো থোক্লে, ঐ থংসিন্নদনা অতোপ্পা মরু অমা চংলি । ইচাম্বুপানা সং ঐগী মরুহু হন্থহল্লি । ঐনা থঙসিন্নদনা কৈগী হন্থহল্লিনো হংই । ইচাম্বুপানা মচলগী মরুদ্দা থিল্লগা হায়রকই, 'কল্লক পেল্লি, অসি উহৌদবগীনি' । ঐনা হায় ফাগি ওইনা, 'অস ! অসি হাংচরম্নবদি ঐনা ফাস্ত ভাজদৌনি' । ঐগী অমুক মথঙ রাওন্দা ছুবদম্থ ইচান্নুপাগী মরু অমা সিবনি, অদুবু ঐনা উসিন্নদনা অতোপ্পা অমা চংলি । ইচান্নুপানা ঐগী মরুদ্ হন্থহল্লি, 'কল্লক পেল্লি, মমিংসে য়েংগে হায়দে' । মচল্লনা মুংঙাইতনা হায়রকই, 'পাপা নঙ য়াম্না মুম্না য়েংলগা চংলো, লোইনা হন্থখরনি' । ঐনা খুম্মি, 'হেক্তা উহৌদবা' । ঐনা য়াম্না হকচিন্না সান্নবা মালহল্লগা হায়, 'হন্দক্তি য়েংউদনা' ।

মবুংনা সান্নবত্ত থোইরে, মচল্লনা সেকেন্দ, ঐনা মীথি তাবে । মমানা থবক লোইত্থনা চঙলকই, 'হৈমা মখোয় পাপাস্থ য়াওরিবোরে, নখোয়নিদি তুম্মিংদ্রিবরা, তুম্মোদনা য়াহৌ থেঙদনবা । হয়েং ঙস্তানা কাকা ধর্মকুমার প্রাইভেত তম্বা লাকনি হায়দো ।' ইচান্নুপীনা ঙকসমদা কোল্লগা হায়রকই, 'পাপা, হয়েং অমুক সাম্নসিকো, পাপা নঙ মরু চংপদা য়েংলগা চত্ত তৌরিনিকো, হয়েংথৌদি মুম্না য়েংলগা চংলো কো' । মবুংনা মমাদা ভম্মি, 'মম্মা, ঐখোয় পাপাসে বুহুনি, মীথিনি, চংপদা মমিংসি য়ুবনে, সুকয়েং য়েংদবা, অহুদা লোইনা তাস্তা হন্থবনিদনা' ।

ইচানা সান্নবদ্ থোইরম্মি

ইচাসিঙ তুমখে । মমাস্থ তুমখে, অয়ুক ঙম্না ঙাতি চংকদবস্থ নৈ হায়দুনা । ঐ তুমথগে তৌবদা ইচা অনিনা থোইবগী মথোয়গী মায়থোংদা তাখিবা হরাওবগী মমিহু উরকই । ঐ নিংসিংলকই, কা অসিমক্তুদনি, ঐনা ইচাসিঙগী চহি মতাং অসিরাইদা ঙমিদাং চাক তোল্লবকান্দা পাবুঙগা তত্তনা চাইনিজ চেক্কর সান্নখিবহু । ঐনা ফমহুনা মরু সিনখ্রবদা পাবুঙনা ওফিসতগী রানা হল্লকপগী পোত্থানিংবহু তোক্তুনা তত্তনা সান্নখিবহু । পাবুঙগী মরুগী চংকদবা লম্বীসিঙহু ঐনা তত্তনা থিংখিবদু । ঐনা থোইখি, ঐ থোইবগী হরাওখি । ঐনস্থ পাবুঙগীদমক রাবিখি, 'পাবুঙ নঙনা ঐগী লম্বী চংফমদা হেক্তা সেমলম্মি, লম্বী অতোপ্পা অমা সেমগে হায়দে' ।

পাবুঙবু ঐনা তত্তনা থোইহল্লিবনি হায়বসি অস্থুক কুইবসে ঐ খল্লরুদে । ঙসিদি ঐস্থ মপা ওইরবসিদা, ইচাসিংনা মথোয়না থোইজবগী হরাওবদু উরগা, ঐনা থাক্টনা পাবুঙবু থোইখিবদুগী মরম খঙলকই । ঙসি ঐনা ন্থংঙাইরিবসিবগুম পাবুঙস্থ মতমদুদা ন্থংঙাইরমগনি । ইচা-সিংসু নোংমা মমা মপা ওইরক্লবকান্দা ঙসি ঐনা হরাওরিবসিগুম ফাওসনু খন্দুনা পুক্লিংদা লোম্না খুরুমজে ।

---




ইচানা সান্নবদু থোইরম্মি

ডাক্তর স্যামকুমার লাইশ্রম নৌনা হৌগংলক্লিবা অইবসিঙগী মরক্তা ৱারিমচা ইবা অমা ওইনা সক্তাকপা য়ারে। নুংগী ওইবা ইচেল ফোংদোকপদা হৈসিংবা অমসুং ইচম চম্বা মফোংদোক মাগী 'পঙ্থুং' কৌবা ৱারিমচা ত-ামাথোইগী পুন্সিবা লাইরিকসিদা উবা ফংই। মাগী হান্নগী লাইরিকসিঙ, 'সোরোজা' (অসাংবা ৱারি, ১৯৭৮) অমসুং 'ঙাং মখোঙগী ৱারি' (ৱারিমচা তরানিপাল, ১৯৮৭) তসু মাগী খুৎইগী মওংসি ফংখি।

পুখোকচরগনি,

'নাত'কি অনিসুবা খুদোল ওইনা
অইবসিঙদগী খোমজিনজবা ৱারিমচাগী লাইরিক,

'নাতকি খোনজেল'